ফোঙ্‌দোকৃচবী :
নিংথৌজম চন্‌ খোংপী
রাংখেম ওঙ্‌বী
লাইরিক্‌য়েংবম লৈকায় মখাইলৈরক্‌,
ইম্ফাল্‌ ।



...ccession No:-

অহানবা নম্বা :
১৯৭১ ইং
লাইরিক্‌'মশীং ১১০০

Call No:-

ফংফম:
ইম্ফাল বুক হাউস
পাওনা বাজর, ইম্ফাল ।

আর, কে, বুক হাউস
পাওনা বাজর, ইম্ফাল ।

মমল: লুপা ৩'০০

ছাপা নম্বা: শ্রীপদ্মকুমার সিংহ, সেক্রেটরী, ডি মণিপুর কো: ওপরেটিভ
পব্লিসিং সোসাইটি লিমিটেড, পাওনা রোড, ইম্ফাল ।

# কৎচবা

নিংথৌজম চনু থোংপী
রাংখেন ওঙবী,
পল্লেম ইংমা অপোকপী।
নচাগী "লিকশঙনু শাফবী"
অসীবু খণ্ড-খণ্ড
হৈত-হৈতনা শৈশক্
শৈথাত্না শৈরেংজবা অসীবু
পুক্লিঙ্ থরায়, হকচাং
অহুম্মক্কা লোয়ননা কৎচরি।

নপারী

ডব্লিউ, জয়

# ৱাহৈ খরদং

মণিপুরদা মমাংঙৈদগী চৎনরকপা মায়চৌ·িংনা শিজিন্নরম্বা "কংলৈ শঙ্‌লেল্‌পুবা" কৌবা অ'রিবা ময়েকনা হ'নম্বা লাইরিক্‌ অদুদগী "লিকশঙ্‌নু শাফবী" হায়বা লাইরিক্‌ মচা অসি লৌথোক্‌চবনি। মণিপুরগী শিক্ষা বিভাগনা শেলগী তেংবাং পীবীদুনা লাইরিক্‌ মচা অসি ফোঙবা ঙমজবনি। লাইরিক্‌ অাসগী মতুংদা অশোয় অরন কয়ামরুম য়াওরমলবসু মথংগী খুৎনমদা শেমদোকনবা হোৎ-নজগনি।

খায়গী

ৱাংখেমচা জং অঙোম্‌ য়েক্‌

রিসার্চ স্কোলার

ইম্ফাল্‌।

স্বত্ব পূরমক অইবগীনি।

—ব-মশীং )

জয় রাংথেমচানা ইথোক্রূপা "লিকশঙনু শাফবী" অমদি মমা মচা সনা য়াইরংচান হায়বগী পুরারী অসিবু মকোক্তুগীনা লোইবা ফাওবা পাবদা। থৌকাওনগ্রবা মাংলমচংকি পাওশা পাওরৌ ঈপা-ঈপুনা চংনরম্বা অসিবু ঐখোইনা লৈরিত্নদনা লৈঙমলদ্ধ: অসি মৈতৈ ঐগী ইরান অচৌবা অমনি হায়ন, ঐগী পিবুকন্নুংগী লুমলাদা নৌহৌননা অমুক্ লৈখল্ নহনবা অমা ওইহনি ; ঈপা-ঈপুগী মাংলমচংকী মুংশি-মুংঙোন পাওশা নিংথীবা রাহৈ রাজা কুপশিন্না লৈসি লৈথোল কয়ামরুম পিকলবা, লাইরিক মচা অসিদা থেংনৈ। অসিগুম্বা লৈথিবিরিবা ইশানৌ পারি শক্পনা পোইরৈ মৈতৈ সাহিত্য মন্দিরগী পুকৈবু মপুঙ্ ফানা থলহলহনবা ওইসনু। পারি শক্পনা লুতুংদগু মখন-মখা অয়াম্ববু লৈথি তানথেংদুনা মৈতৈ লৈমলেন্ ইমা লৈপাক্কি লৈহনবু লৈতম্বদা মচু মঙালবু লৈশুন্না খোইজং খোইদন্না লৈখন নাইনা লৈগী নাচোম শেম্বগুম শেমদুনা লৈকং লৈছন তানথেংববু খনাংদম্বনা কুবীববু ওইশনু রাখনা নোংদম কাদা চংজা হায়জনা; পুকচেল চাওবা লৈথীহৈবা ইশানৌ পারি শকপগীদমক্তা মতম পুম্বদা য়াইফা লৈনিগে হৈয়ম।

অংকহং

উরিপোক্,
খোইস্নাম্ লৈকাই
তাং ৩/৬/৭০

মৈতৈ চান্নাবম্ বীরহরি
পণ্ডিত

"লিকশঙনু শাফবী" কৌবা লাইরিক্ অসি মকোক্তগী না অরোইবা ফাওবা মুন্না পারুবদা ওম্নোক্লা পুক্লিং হুংশিবা অমা পোক্হলি। লাইরিক্ অসি পিকলবশু পিক্না রাহৈ-রাতাদা য়ামনা কুপ্শননা খঙ্বদা কানরবা, লৈশি-লৈথোল্ অমদি অরিবা রাহৈমা লৈতেংবগুমবা, মৈতৈ ঐথোয়গী স হত্য ওইরবা রাহৈ মচাক্ কয়ামরুম য়াওরি। অসিগুম্বা মিংমিং-মিংলেনশু ওয়লবা লাইরিক অসিবু থিজিল-হুমজিনহনা পুথোক্নবা হোৎনরক্পা শ্রীরাংথেম জয় সিংহবু, অসিগীদমক্তা থাগৎনিংঙাই ওইবা অমনি। লাইরিক অসি পাবদা ওম্নোক্লা কানরবা মচাক্ অমা ওইনা উই। নৌনা হোৎনরক্লিবা নহারোনগী রাথমগী তেংবাং লাইরিক অমা ওয়্গনি হায়না নিংই। মৈতৈগী অরিবা ময়েক্তা ইহ্রনা লৈরম্বা লাইরিক কয়ামরুম পানরুদবদগী থুপ্না লৈরম্বা রাহৈ-রাতানশংবগী মচাক্ খংবদা কান্নরবা অসিগুম্বা লাইরিক অসি মৎ মু কয়ামরুম ইবিয়রকথিগনি হায়না নিংজে। লৈখক্কী কল্ অসি লেপতনা মথং-মথং ইহনবিনবা তাইবং পানবগী মপু রিবা চীঙঙ্ মাগী থুয়াদা লেখক্কী য়াইফ থৌরম্বু হন্না-হন্না নি রি।

মৈতৈ আ নন রুম চা তোম্বী বা
পণ্ডিত রিসার্চ স্কোলর

ইম্ফাল
তাং ৩/৭/৭০ ইং

হীরম                                    লম্মায় ( লাতম-মশীং )

# লিকশঙনু শাফবী

হঁ ( =অঙ্গি ) কেগে লোইরেল সনা মপুঙয়ায়

হো কেগে লম্ম-হনবা, লোইরেল সনা মপুঙয়ায়দা কেগে নিংথৌ "লাইমুতেং পুন্সিবা" কৌবনা পানবা সনা মহাথক্তা পাথংবসু লৈরি। মতম অদুদা হাউরে নোংচুপ হারম থংবা লোইবী চীঙলোল মাপন অসীগী মনুঙদা কবুই থংগাল খুল্লাউ-দা পানবা থংগাল খুল্লাকপগী অনত্তা পোকচবী মমোমলোই, নাইতোম শাৎপী লৈরাংগুম চেংলো শকহেনবী অমবু তোম-থিন্নবা ওইনা লৈশাৎ তনলি। থংগাল নীংঙোল অসিগী কোল-লোয় মিংলেন্দি "লিকশঙনু শাফবী" মিংকৌই। পন্থৌ থং-গাল খুল্লাকপনা মহাক্কী তাঙনা শাৎচবী মমোমলোই লিকশঙনু শাফবীবু শামান-লেংনানবী, লোয়ন-চান্নবী মতারোয় * লমলুপকা লোয়নজনা পন্থৌ মপাগী মরৌ পানলোদা † থাল্লে লৌয়াল তমনু হায়না পন্থৌ শিন্থা পিরক্লে।

পন্থৌগী য়াথং কোল্লায় তুংইনবু কায়দনা মমোম লিকশঙনু শাফবীনা হোয়-য়ারে। নোংমা কোরৌ নুমিৎ অমত্তবু পল্লেম পন্থৌনা হায়বা চানগোয় মপাউখোল, শীন্থা ময়াথংবু অমুক্তা কায়দনা হীক্তোকপা লৈখিদে।

---

* লমলুপকা = লমগী মক্লপক, ইমুং অঙগী নত্তবা অতোপ্পী লোয়নবী মতারোইগা। † থাল্লে = লৌবুকপু কৌই।

# খাল্লৈ লৌয়নফমদ উনবা

নোংমা কোরৌ অমা !
পান্থৌ কোন্দা পোমজবী,
শীঙেঙন্না নৈশাৎ তমগুম্বী,
নূরা মদোম শাৎচবী,
পান্থৌ শিন্দাবু ইনজবী
হুজা লিকশঙহু শাফবী
পান্থৌ শীম্বাবু তুং-ইম্মা
তরা চাকঙন চারগা
তরা চৈয়োম পুত্থনা
মতারোয় লমলুপাকা লোয়ননা
খাল্লৈ লৌয়ানগে হায়দনা
তেৎনৌ লেংদা থোং,
লোইবী চীঙজাউ তম,
য়াংলৌ লমশাংবু লাকপদি
কয়াদা নীঙথী জবনো !
কাইদা থাংবা খোঙথাঙনা
য়ূমনৈমনা লীক্রা কানগুম্বী,
শবীনা নৈয়াঙ চৎকুম্বী ;
তেনূরা কৌবী চেক্লানা

## থাৱৈ লৌয়নফমদ উনবা

মালেম লৈমায়দা চৎকুম্বী ;
ফুদীত্তা মাঙজোঙ চোংগুম্বী ;
নোংমদোলদা পাইগদগুম মনীঙবী,
পাইবা কৌবদা নাইদবী,
খূয়ানা য়ায়ঙঙ্ চুদা-নবী,
খোঙনা খুরুম খোঙদানী,
খুনীঙনা লেনলে ঙাতেম্মী ;
চীম্বান তাবু হায়রগা
ব্লারক তয়াল অমুল-হৈ,
খুবোম চেংলৈবু য়েংবদা
চংবী লায়োল খোকুম্বী ;
তাথরকপা য়াঙলেলবু য়েংবদা
নোংথাং লৈমা লংচাক্লী ;
তাথরকপা পানবোম মতানা,
লৈখা-হুংগী থম্বৌ হেরা-মাল্লবী ;
হাইথরবপা খূৎকী খূৎয়েংনা
লেমলৈ ঙরা মৈতানী ;
খোরী চাকয়োৎ য়েংবদা
তৎত লীক্লী মণ্ডনী ;
লুতুং তাবা শম্লাংনা,
লোক্তাকী য়াইরী নামীবী !
কোম্না তাগে মনীঙ-তম,
তিংনা তাগে মথা-তম,
কোস্তক তাবা শম্লাংনা

তরেৎনি পানবা থাজগী
মায়থোঙ শক্তম মাল্লিবী,
তাথরকপা মায়থোঙ লাইবক্লা
ওকশাবীগী লাইবক্লা তমজবী,
চেংলৌ মায়থোঙ লকানী ;
ফল্লপ্তা য়েংথোকরকপা মীৎয়েংনা
য়ারৌ শজী মীত্তানী ;
হায়থরকপা য়াতাগী মওঙনা
চারীয়া কফোই য়াতানী ;
য়াখোঙ মুনা শঙজীল্লী,
য়াতোল লংনা ফেংদোকই ;
চীনবান চরৈনা শুমগুম্বী ;
খোক্লম মোমোন নোক্কুম্বী,
তত্তনা খোঙদোয় তমলকপনা
মরৌ পামলৌদা থুংলরে ।
য়োৎলৈ খূত্তা পায়দূনা
কোরৌ নোংথা ফানগুম
য়োৎলৈ তোয়না কাঙলক্লে ॥

অসুম্মা কোরৌ হুম্বিৎ খূদীঙগী পম্মৌ খুল্লাকপগী মরৌ পমলৌদা লেপ্তনা থাল্লে লৌয়াল্লক্লে । মতম অসীদা খোইয়ুম পাকন লিলহা নিংথৌনা নোংমগী কোরৌ হুম্বিত্তা কোংবা লমথোকল্লপদা

খোইয়ুম মাগী পায়মা পিবুকমুংদা তরেং তরা খোক্লা রাখল তৌরক্লে। "নমু তাইবঙদা ঈপারী অমতা শাংকদববু করম্না ঈপোক মরে" ঈথূপ্ তম্না শায়োল-লাংওল তৌদূনা ঈপারীবু শাংশিবনো" হায়না পাখংবা মাগী পায়মা পিবুক-মুংবু মপারী পাম্বনা মপুক্লীঙ্ অদূ তত্তনা ঈখৌলাংলক্লে। কোরৌ অমতা নোংগাংনা খোয়রাংন-থিদুনা, পোইরৈ মাইকৈ মরীমক্তা শীনথুংনা হেক হেক য়েংলকপবু, নোংমা কোরৌ নোংজা অমদি কোংবা লমখোক-লকপদা, নূরা মাগী খাল্লে লৌয়ানফমদা য়াঙ্গোয়রক্লে। কোরৌ নোংজা অহু নোংদা লিলহা পাখংবনা নূরা লিকশঙনু শাফবী অসীবু মীৎয়েং শাংখৈরক-পদা নূঙ্গা মাবু উরুরগ পায়মা মুংদদি অপাম্বনা তিল্লাং খোয়-জঙলে: পাখংবা মানা খোইয়ুম লাইরমলেলগী শক্তম্ থাদোক্লুনা, নমু তাইবঙ শক্তম নীঙথীবা অমা মীংনা কুপ্পদা শায়োল্লহনা, চঙ-থংগাল নীঙেঙাল্ অনিনা মরৌ পামবু খাল্লে লৌয়ানফমদা চঙ-লক্লুনা খোইয়ুম ( খোয়ম ) পাখং অদুগা, নূরা লিকশঙনু শাফ-বীগা চেংলৌ মায়থোঙ্ হেক উনরে। মতম অহুদা খোইয়ুম পাখং অহুগা, নূরা লিকশঙনু শাফবীগা চেংলৌ মায়থোঙবু মুংশি মীৎচা-নরবদা। ঈকায় থীবী নীঙেঙালগী মপোকপু ওইবনা পাখং মাবু মায়থোঙ মকা লামনা য়েংশি-য়েংঙমদা, ঈকায় ফিরুক খুমদূনা মালেম নৈরোল তৎতনা কাঙদূনা নৈরকঈ। নূরা মাগী চেংলৌ শকতম নীঙথীবী! মাগী তনোরবা খুৎচানা তেৎনৌ নৈরোল কাঙলকপা উরুরগা পাখং মাগী পায়মা পুক্লীঙদা অমুক খোইন-হেননহুম খোয়জঙ-খোয়দানা মুংওললে। লিকশঙনু শাফবীবু য়েংলহনা রাহোমলকলে—

"হাদা নুরা ঈবেমমা-ও;
নুরাগী চেংলোবু নীঙথীবী!
কবুই মুবা চীঙ্গারম,
হাউবা লাইরা পোৎথা-চীঙ;
লোইবী রাংবা লোকমায়দা,
পামেল শয়িগী উরাং,
তেংগা থকতবু ওঙ্ব-লৈ।
লৈরাংগী মউ তবু য়েংলগা
থুমু (থুৎমু) নৌদোল মানব-লৈ।
লৈরাংগী শকওঙ্তাবু য়েংলগা
কাউরেল নাপ্ল মানব-লৈ।
লৈরাংগী লৈচুতাবু য়েংলগা
সনা কদোঙনা শাৎপ-লৈ।
শীঙেঙল কোললোয় হায়রগা
খোঙগুল মেললৈ মিংগৌবী!
শীঙেঙলদি লৈমুংশি ওইরগা
পাখং থুৎফঙননা পায়রগা,
সেননবগী পানদমগুম পূজনিংবী
শীঙেঙল লৈরাং শকহেনবী!
লমদম কৈদবু শাৎপী লৈরাংনো?"

পাখংগী হুংশি চৌনগোয় মপাউখোলবু তারগা নুরা লিকশঙনু শাফবীনা মশাবী চেংলোবু মুননা য়েংজইনা নুরা পাউথুম পীরকলে।

"হাদা খোইমু লৈপামবা!
নীঙেঙালগী নাপপদা ঙংলববু
অরাবা ঈপাকতা তাওরগেরা?
খোইমু নখাঙ্ অচেঙ্বদা
কাব্রং লংলম তরেৎনা
তাবা খোরীনা পুনজরগা
লংলা লংদোলবু ননাওগী
শমু ঈথূৎনা পায়জরগা
হুমিদাং রাইগী মতমদা
মালংবা হুংশিৎ নামিবী!
লৈরাং লৈনমবু পুরকতুনা
লৈগী লৈনম ফংজবদা
লৈরাংগী লৈকাদা তোংলিবা,
খোইমু লৈহী পামবনা
শাগল তুফাঙ্ য়ৈদূনা,
পাইগে পাইরগে খোরাংলকপদা
ননাওনা পামুবা থাং-থাঙ্ থাঙ্না
পায়না য়ানজনিংবা পাখংবু
পোইরৈ লমদম কৈদগী
শাগল তুফাঙ য়ৈনা
মফম শিদবু পাইবীরকপনো?"

"হে ইশানৌ ঈবেম্মা! পাখং ঐদি কেগে নিংথোগী মপা-রীনি। কোললোয় ইমিংনা 'পাখংবা' কৌই। নূরা নঙ্বু লমদম কৈদা শাংপী শীঙেঙল লৈরাংনো? রারক চেংপা পন্থৌ কনাগী মমোমনো মিংলেল হায়য়ু ঈশানৌও?"

"লাইবক থীবী ঐবু পোকপা পন্থৌদি নোংচূপ থংগাল খুললাকপগী ইদোম পোকচবী মমোমনি! লাইবক থীরবী ঐগী কোললোয় ইমিংনা 'লিকশঙগু শাফবী'। মিঙ্গৌজে খোইয়ুমনা য়োমবা থয়োমনি, চীঙঙনা পুনবা লৈপুননি। পায়মা খোয়-জঙলে, তিললাং খোয়দানরে। "খোইয়ুম থমলাংবনা শাবা থাঙ্, হৈরী মপ্রাম শোইনা থাং, পাখং নীঙেঙাল অনীনা হৈশোয় থাংদি মখূত্তা পায়দূনা পললেম ঙমসি রাশক্লে; পন্থৌ ঙমশি তেমশীঙ্নৈ।"

শরি রাশক্সরবা মতুঙদা পাফন লিলহা পাখংবনা— নূরা মাগী মখূৎতগী তেংনৌ য়োৎপাক্ লৌদূনা মালেম লৈতেংগায় অকনববু তুমু লৈকন-তৌরকলে। পাখংবসু পামলৌদা থাললৈ লোয়ানবা য়াউরে। মতুঙ কোরৌ ঃমিং থূদীঙগী পাখংবা মাসু নূরা মাগী পামলৌদা তোয়না হেক হেক লাকলতুনা শাফবীগা ঊনরে। নূরা মাগী তরা চায়োম লাঙলকপসু, তাউজিং নীঙ্থিবা, শীঙেঙল মপুঙ ফারবা, লৈরাংবু মশাবী পাখংবগীদমকতা তম-লকলে! মরৌ লৌ-পাম য়ানবা মতুঙদা অরা-পোথা খুদিঙ্দা তরা চৈয়োম থোকতুনা হেক হেক চামিননৈ, তাউজিং হৈরাংবু চীনদমনৈ। "শীঙেঙল লৈশাং পূননা তমথরে। পাখং-নীঙেঙাল

অনীনা ৱাশক পৈরে থম নাইনু কিশি চেৎনা শরী ৱাশরুখরে। পন্থৌ-পললেম অনীবু ঙমশি তেমশিংনৈ” হায়না অসুমনা নুৱা পাখং অনীগক নাপপ চীকনা ৱাতননখি।

কে গেগী থমং-খোং মোইরাং শারম-পাৎ, নমবা ঈথীঙ-খোং, খোইয়োল ঙেবা মশোয়বূঙদা লাংলেল কোংয়াং ৱাপূম অমনা তংখায়-তা, তংখায় অনীনা মরী থোক, লিরেল তংখায় নামিবী, হংগেল মরীবু শুপনা কারন লাকপগুম কাব্রং লং, খেউ লং তাংগল কোননা লংলম ( লংনম ) তরেৎনা পূননা, তীননা তাশীনবা থোরীনা মাকলৌ কিশি থূপচাননা থমখরে। অদু নোংদগী নিংঙোল মাগী শোয়জিখা-নুংদা তাংগা লাকোয় য়ান, খোইরু মিতম লৌ, তাউজিং মরু পানখিয়ে। শীনয়োম-নুংদা লাকলৌ ফি য়াললে। মশানৌ থংগাল চনূ লিকশঙনু শাফবীদা! খোয়জি থাগী মিহুল তমখিববু লোইদাম থাবূম মাপননি শুরকলবদা নূজা মাবু পোকচনা পন্থৌ থংগাল থূললাকপনা উরকলদনা মমোম লিকশঙনু শাফবীগী পললেম মমা থূললাকপিদা ৱাহোমলকলে. “হে লানৌ” ঈশানৌ থূললাকপি-ও! ঈমোম লাংলেল লিকশঙনু শাফবী শিবু চেংলৌ শক্তম অমা তৈনা উইয়ে। কদৌ নোংগীনো?” হায়না ৱাহোমলে। অদুদা মশানৌ লানৌ থূললাকপীনা মমোম লাংলেল লিকশঙনু শাফবীদা ৱাহোম্লক্লে—“ঈমাগী লাংলেল ঈবেম্মা! নঙগী চেংলৌ শকতম অসীবু পন্থৌ নপানা উরে কদৌ নোংগীনো লাংলেল ঈবেম্মা কোললোয় নপাউ শেংলো?” অসী হায়দনা চীনগোয় পাউহংববু, মমোম লিকশঙনু শাফবীনা ৱাহোমলকলে,

"হে—পললেম পোকমাবী! নমোমবু শাওবীগনো। নমোমনা পায়মা পীবুকনুংবু তেংনা পাউদমজগে; তমবা নিপাদো! পোই-রৈদি কেগে মপুঙয়ায়দা লৈয়ে" হায়য়ে। নমোম ঐগী খাললৈ লোয়ানফমদা কোরো নুমিৎ খূদিঙগী তৎতনা য়াংগোইরকএ-অপোকপী। তমবা মাগী তশেং তশেংবা ঈনে; কে গে নিংথৌগী মপারীনি" হায় হায়না মমোমনা চীনগোয় পাউখুমলকলে, পল-লেম মমা খুললাকপীনা মশাবী থংগাল খুললাকপদা মমোমগী য়ারমবু মথং শীৎনা পাউদমলকলে—"হে ঈথংলেল খুললাক-পা-ও! নমোম অসীদি লাকলৌ ফিয়াললে; মথংলেলদি কেগে নিংথৌগী মপারীনি হায়; নমোমগী খাললৈ লোয়ানফমদা কোরো নুমিৎ খূদিঙগী তৎতনা হেক হেক য়া গোইরকই" হায়না পাউ-দমলে। মশানৌ খুললাকপীগী চীনগোয় মপাউ তংদাংববু পন্থৌ খুললাকপনা— তারবদা: খুললাকপা মাগী পায়মা পূক্রীঙদা * "কজক" হৌনা রাহোমলকলে "বেগে নিংথৌগী * মপারী অমতন্ন ফ ইদে ঈমোমনা হায়রিবা অসীদি তুবী পাথংবনি। মাদি মনীঙ তৌবা খোইয়ুম লাইনে। চেংলৌ শক উনবশু ফংলোই; ঈমোম মহাক থককীদমকতা ইমাননবনা নমোমগী মশাবী মশক খঙদরবদি ঐখোয়দি নঙবু তিননিংদে' হায়না লৎনা থোঙ্ থিং-লককনি, লৈকায় মীনোকখোল চঙলককনী;" হায়না মমোমগী মফমদা খুললাকপনা পায়মা কজক হৌনা রাহোমলকলে— "হে—ঈপাগী ঈমোম লাংলেল লিকশঙনু শাফবী! নঙগী নশা-

* কজক্= পুক্রিংবু মৈহৌনা শাওবা; * মপারী ফ ইদে=মচা লোকতে।

যীবু লোনজা-লোনথুপননা থমবদি কদো নোংগীনো ! ঈমোম নঙগী লীচং-শাজং অদূবু পন্থৌ নপা ঐদি পামজদে। পারী ঈমোম অমতা শাংতেএ ।” হায়দনা মমোমবু কোঙয়াও রাশা-চৈনা শমু নময়াওদা চৈথেং কারন লাকনা— “নঙদা য়াইবী মাঙলো” হায়-দনা মমোমবু চৈথাবীরে। মমোমনা পন্থৌ খুললাকপগী চৈরাক হেননা কনমনখিবনা ঈপাই-কোক্ ঈ কাদূনা মালেম লৈমায়-থক্তা রান্থদূনা লৈরকলবদা. পললেম খুললাকপীনা মশাবী খুল-লাকপবু খামজরুবদা। খুললাকপনা মশানৌ খুললাকপীদা রাহোম-লকলে— “হে ঈশানৌ লানৌ !” নমোমগী চেংলৌ অসি নশাবী ঐদি য়েংনিংদে, তুককচৈএ। ঈশানৌ নহাকনা রারক চেংতবনা অসী থোকহললিবনি” অসী হায়দনা চৈরকলে। অমুকস্তু “নখোয় নমমা নচা অমতা ঐগী ঈরাল য়ায়দা লৈবীরগনো” হায়দনা হন্না হননা চৈরমলগা মোংবা মরাল য়ায়দগী চংথোকখরে। পললেম লানৌ খুললাকপীনা পনথৌ মপা খুললাকপা লৈতরিঙৈদা মমোম লিকশঙনু শাফবীগী শামু মশাবু নানবী-নানবীরদূনা রাহোম্নকলে— “হে ইমোম ইবেনমা ! নঙগী পন্থৌনা পায়মা লিংজেল থাবনা ঈমোম লাংলেলবু চৈথেঙ্ অকনবা পীববু, পললেম নমা ঐনা কনবা ঙমখিদরে। হা— ঈবেমমা তোললিদকো নুপী-চাগী মপোকশে, অসি হায়দনা মমা মচা অনীনা রাংলেল্ ওহাক্ কপমি-ন্নরে। অতুগা নুরা লিকশঙনু শাফবীনা পললেম মমা অপোক্পীদা-চীনগোয় মপাউবু তোয়. নুরা মাগী মায়থোঙদা মীৎনু নাপোম অনীদগী তৎতনা শিনথরকপা পিরাংতনা পুমচোৎ-চোৎ, শমলাং

ঈফা ফানা রাহোম্লক্লে – "হে পঙ্গলেন অপোকপী ! নমোমবু শাওবীগনো, নমোমনা লাললে। ঈশাবীদি নমোমগী অরাবা চৈথেঙ্‌বু খঙ্‌বীদরে, নমোমনা অপাম্বনা হাল্লুরে; খঙ্‌নবনা কোলথরে। পন্থৌগী শমু মমাঙ্‌-মব্তদা ঈশাবীনা য়াংগোইর-ক্লবদি ফৈয়ে। ঈশাবীনা লাক্পীদ্রবদি নমোমদি পন্থৌ লিংজেল্ থাবনা শোয়দনা ঐগী য়াইবী মুৎকনিয়ে পল্লেম-ও।" অস্‌মু হায়না রাংলোল্ ঙহাক্ ঙাঙ্‌নরিঙৈদা পায়ম। লিংজেল্ থারবা পন্থৌ মপা খুললাক্পনা অশাউ থাম্বী মৈহোনা অমুক মরাল্ য়ায়দা চঙ্‌লক্লে। মমোম লিকশঙ্‌নু শাফবীদা রাহোমলক্লে। "হে—ঈমোম লমহেন্‌বী, ওক্তবী নঙ্‌গুম্বীনা হৌজিক্ ফাউবা মফম অসীদা লৈরম্নি? নঙ্‌না য়াইবী নথরায় মাঙ্‌নীঙ্‌দ্রবদি নপন ঐগী ঈরাল্ য়ায়দা অমুক লৈবীরগনো, নপন ঐদি * খোইমোম তিম্ননিংদরে?" অসী হায়দনা তাম্থোরক্লে।

থংগাল্ চনু মমোম লিকশঙ্‌নু শাফবীবু! পন্থৌ মপা খুল্-লাকপনা চঙ্‌না লৎন-থোঙ্‌ থিংবীখরে, নুরা মাবু তাম্থোক্পী-রক্লবদা মাগীনি হায়বা চঙ্‌জফম্ হন্না য়েংবদা কনা লৈত্রবদা। অহ্ নোংদগী নুরা লিকশঙ্‌নু শাফবীনা পন্থৌবু কিবদগী মরাল্ য়ায়বু তুংওইনরমজনা শোংলবা উমংলেল্ লোমদা য়াংগোই-রক্লে। * পুচুক-লাংচুক্ মরক্তা লোক্ তায়দা মীরেমলেল্ কনা উহনদা নুরা লিকশঙ্‌নু শাফবীনা শোঙ্‌লবা উমংনুংদা মশাবী

---

* খোইমোম—লাং।

* পুচুক-লাচুক্—উ য়ানথিবী মথাক্ লৈহৌবা থাঙ্‌গমবু কোই।

পাফনববু পাউ-কৌরকলে—"হে ইথঙ লেল্ পাফন লিলহা নিং-থৌবা! নশানৌ লাইবক থীবীদি পন্থৌ ইপা খুললাকপনা লৎনা থোঙ্ থিংখিহুনা ঈরাল য়ায়দস্ত লৈহন্দ্রহুনা য়াংগোইরক্লে। পুচু-লাংচুক উমংলেন্দা শানৌ লেংমানবীশু য়াউদা, পন্থৌ-পল-লেমশু য়াওদনা করম য়াংগোইসিবনো?" হায়না মশাবী পাফল্ লিলহা নিংথৌবু কৌর-কৌরহুনা অঙাওবীগী পান্দমগুম য়েল্লাং-শম্ চরাং মানববু ফাথ-লাংথনা মিৎলা থম্বাল অনীদা তরঙ্ লাইজ ঈহৌনা মীচিক মীরাউখোল তান্দ্রবা উমংলেন্দা নোংলেল খোংবগুম মিকপথিয়ে। মতম অহুদা উমং-হুংদা শাহিং চাবা পাম্বা কৈশিংনা খেকনা-খেকনা লাউ খোংলকলে।

মতম অদো লিকশঙনু শাফবীনা মাগী পায়মা পিবুকপু মওল্ মওল্ খল্লকই "ঐবু কদৌহুংগীনো! নুজা ওইবী ঐহাকপু থাঙউথক্তা য়াইবী মূৎনু তমলবোই।" অহু নোংদা মশাবী পা-ফনবনা য়াংগোইরক্কুনা মশানৌদা চীনুগোয় রাহোমলক্লে—"হে ঈশানৌ লিকশঙনু শাফবী!" করিগী অস্মুক হুংওললিবনো? নঙ্গী করী রাৎতেয়ে হায়দনা পাফনবনা মশানৌবু নাওথেমলে। পাফনবা মানা মশানৌগীদমক্তা ঈরুম থাংপোক্ শঙ্ অমসু শাবী-রে। কোরৌ হুমিৎ অহুদগী খোইমোম নোংমাইহুবু—(নোমোইহু) কৌহুনা রাহোমলক্লে—"হে নোংমাইহু অহোঙ্বী! ঈশানৌগী লোইদাম্ থাজাৎউরা, শুদ্রিবৈগী মনুঙদো অচ্চা-অথক্ থমুলো" হায়রৈদা। নোংমাইহু অহোঙ্ অচাউবীনা, অহু নোংদগী মশা-

নৌ লিকশঙনু শাফবীগীদমক্তা লোইদাম্ থাবুম অহুমা ওক্ননবা অচ্চা অথক্ মথৈ রাৎতনবা থম্বীরমলে।

পাফন লিলহা পাথংবনা-মশানৌ লিকশঙনু শাফবীদা রা-হোমলক্লে; "হে ইশানৌ নঙ্গী নপারী অমা শাৎলমদাই নাও-শুম্বী লাককনী রাগনো ঈশানৌ নঙ্গী নপারী শাৎকনী *খুল-নিংথৌ ওইথেনে। পারী মাগী কোলোয় মিংহুল তম্বদি "সানা য়াইরংচাল" থোল্লো। ঈপারীগী কোঙ্য়াঙ্ রা-চৈশু মতাঙ তরেৎ পানবসে পারিগীদমকতা থম্বীরো। মাবু পায়রবদি য়েক্লবা চঙবা ঙমদবা, নিংথৌ ওইবা কোঙয়াঙ চৈশুনে! মীরম্বা কনা-দবু পীথিগনো, মীপুম কনাদসু রা হায়দোককনো, নঙনা পারী শাৎলগা কেগে তমদবু য়াংগোইরক্তনা থুইয়োল রাথোঙ শেং-বগী ময়াল য়ায়দা নপারী চাওদরীবা ফাউবা *শান থুপলু-ও!" অসি হায়রম্লগা মশাবী পাথংবদি য়াংগোইথরে।

থাংগাল্ চনু লিকশঙনু শাফবী! অহু নোংদগী মশাবীগী য়াথং ফংলহনা অশোঙবা উমং অমগী মনুঙদা মপারী শাৎপা ঙাইহনা কোরৌ হুমিৎ থরা লৈরকপনা লোইদাম থাবুম তরা শুরহনা মপারী শাৎকে তৌরক্লবদা থাংগাল চনু লিকশঙনু শা-ফবীনা মথংলেল হুংশিবব, খুৎলাম তোয়না কৌরহনা মিকপলক্লে— "হে খোইয়ুম লাই-ও!" নুজা ওইবী ঐনা পারী শাৎলমদাইগী

---

*খুল-নিংথৌ ওইথেকন = লৈপাক অমগী মপু ওইহনা নিংথৌ ওইগনি, *শান থুপলু-ও! = মী কনা তাবদা উৎলদনা লোৎথুরা থৈও।

মতম অসিদা পল্লেম ঈমা অপোকপীশু উদরে, শানৌ লেংমানবীশু উমং-হুং অসীদা কনা য়াউদরে।" "হা- পল্লেম ইবেম্মা ! নমোম লাইবক থীবীবু কৈদৌ নোংগী অস্থক অরাবা ওইবনো ?" "হে খোইযুম নোংদম্বা ! *করি খোয়নো ? নূজা ঐনা নহাল অমুক্ৰী মপোক লাংওল অমদা করি লঙ্জরুবা লৈবগীনো ?। পাংগল শোল্লবী নূজা ঐবু উমং লেলদা য়াইবী থরায় মূৎথরো হায়না তমখবরা ?" অসী হায়না নূরা মাগী পাইমা পীবুকহুংব, শোক্লা থিকলেল থাগা ফুনা তত্তনা মিকপলক্লে। অম নোংদগী পাম্বা কৈ হম্নুবী অমগা, শঙম অহন অমগা উমংহুং অদূদা লাক্লবদা, নূরা মাদি অরাবগী মথক্তা অমূক্রা মিপাইবা অমা ওইরে। মাগীনি হায়দনা হন্না য়েংবদা উমংহুং অদুদা পামেল উজাউ অমদি উরী ৱারী নত্তনা কনা লৈতরে। নূজা লিকশঙনু শাফবীনা রাহোমলক্লে—"হে পল্লেম-ও ! নখোয় অনিব, নমোম ঐবু য়াইবী লৌগে হায়দনা লাকপরা ?" অসী হায়না রাহোমলকলবদা। অত্র নোংদা শওমনা মমায় মালেম্ লৈদা মল্লা তাঙ্জ লূকথহুনা অরাবা রাথংগী মতৌ মওঙগুম্না তুমিম্না লৈএ পাম্বা কৈ- অমোমসু মল্লা তাঙ্জ লূকথহুনা শা অনীমক মশা অপূম্বা ঈক্লে- তেদুনা লৈরবদা ! নূজা লিকশঙনু শাফবীগী মনাক্তা লেঙদল্ল কুনইনা লৈররে। অহু নোংদা লিকশঙহুনা শওমগা, কৈগদা রা- হোমলক্লে ; "হে—পল্লেম অনীমক ; নমোম ঐগী অরাবা অসিবু...

---

*করি খোয়নো – করি পুকচেল-খোয়জেল হায়বনো।

লায়কময়বা য়াউবীগে লাকপিবরা ?" হায়রক্লবদা। শওমনা *মায়য়োক্লবী ওই, পাম্বা কৈ অমোম অদূনা †নাওশুমদনা নূরা লিকশঙন্থ শাফবীগী মপারী অমা নোনা শাৎলে। নূরা মাগী মপারী শাৎলবা অহুদা উমংস্থুং অহুগী পামেল উজাও অপূম্বা মাগী মাগী মশা-মরেং; উনা-রানা খৈবীক্লা হরাউ জগোয় শাবগুম্না মনা-মশিং অপূম্বা মালংগী শহুম চৈথেঙ য়েবদা হরাওখিবগুম থোক-থরে। মতম অদূমক্তদা উমং অদূগী শোঙলবা মীচিক মীরাওথোল ভাখিদ্রবা মফম অদো, চেক্লা খোঞ্জেন তননা য়াকায়ন্দোল শৈ-শকপগুমলে। নূরা লিকশঙন্থ শাফবীগী থোয়জি থাগী মপারীবু মশাবী কোলোয় ভূংইননা মিংলেন্দি "সনা য়াইরংচাল্ কৌঙম্লে। অপুম্না লৈরকপনা কোরৌ শীঙবুম মঙানী লৈরগা, তরাক্লী য়ুপাল হৈশোয় থারগা, কোরৌ হুমিৎ তরেৎনি চনবদা লিকশঙন্থ শাফ-বীনা মশাবী লিন্হা পাফনবনা হায়রম্বা রাবু নীঙশিংলকতুনা মপারী সনা য়াইরংচালবু চরৈ নাহোং শাংনা শমু নমদা পো-শিনহনা কোঙ্য়াঙ্ চৈশু পায়, কেগে মায়কৈরোমদা শমু থোঙ্ শাললকলে। খুয়োল রাখোঙ্ শেংবগী মরাল য়ায় তমনা শোঙ-লবা নারক মোংশোঙ উমংস্থুংদা শওম হম্নবী অহুগা পাম্বা কৈ হম্নবী মথোয় অনিনা মমোম শক্লবী লিকশঙন্থ শাফবী মমা মচাবু অশোঙবা উমং-স্থুং অংবু য়াংলো মাঙ্ থানা লমজীঙবীরক্লে।

---

* শওম্না মায়য়োক্লবী=মীরোলবী হম্পী অহুন থং তরা মংং ফারবদা অঙাং উনবা অহানবা মতম অহুদা নাওরা অঙাং অহুনা মমাগী পীবুকহুংদগী তাই-বং থোক্লকপা মতমদা নাওবা অঙাংবু শেমবী শাবীহুনা মাং খুদোংচানবগী মরমদা নাওয়োমনা চিংবা অমোৎ-অকায় লৌথোকপীরবা চামথোকপীবা অহানবা নাওরাগা উনারবা অহুবু কৌই।

† নাওশুমদনা—নাওবা অঙাংবু মায়য়োকনবীগী মথুক্তগী লৌহুনা থোমলাংন-চিংবা ইনবীহুনা নাওবা অঙাংবু কপপা থেমবীবা অহুব কৌই।

## থৃয়োল রাখোঙ্ শেংবগীদা লৈরবা।

কেগে লমদমশোমদা পানবা খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবগী মপারী শাংতে মমোম অমংতা ফুয়দে। মরম অতুনা মশাবী-মশানৌ, হনুবা-হনুবী অনীনা কোরো নোংগাংদনা তুমিং থৃদিঙ্গী মপারী মমোম অমতবু পামজরনঃ চীঙ্গু খোইয়ুম লাইবু নীঙজতুনা লৈজবা মরম-দগী-চীঙঙ লাইগী খোইয়ুম নোংদমমগী খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবনা ম.গী মরাল-য়াইদা লৈরিভৈদা নুজ্ঞা লিকশঙনু শাফবীনা মপারী নাওর! চাওদববু শমু দমদা পোদুনা য়াংগোইরকলে। অতু নোংদা থংগাল্ চনু লিকশঙনু শাফবীগী চেংলো শকফম উবদা খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবনা রাহোমলকএ —"হে লাংলেল।" নঙ্বু কনানো? কদো নাংগীদমক্ ঐগী ঈরাল-য়াইদা য়াংগোইরকপনো" হায়না পাউহংলক্ই ;

নুরা লিকশঙনু শাফবীনা খুয়োল্ রাখোঙ শেংবগী চীনগোয় মপাউ তারগা পাউখুম্লকএ -"হে-পম্বো! নুজ্ঞা লাইবক্ থীবনে অরাং পোইরৈ তৈতে চানে পম্বো পম্লেম্ অনীমক *নোংমনথে। ঈথংলেজনু

---

*নোংমনথবে — শিথুবে, লোংগাথুবে।

নোংমনখরে। পম্বৌও। নমোমদি কনা লৈজত্রবা ঈমা-ঈমানে পম্বৌও; পম্বৌ নঙগী নকা, নরাল্-য়ায়দা পারীসিনা চাওত্রিবা মখেদা শাইদাংজগে” হায়না রাহোমলবদা। চীঙঙ্ মাগী নোং-দমদগী খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবনা পায়মা হুংদা পেল্লদুনা য়াবীরে।

“ঈপাগী ঈমোম লাংলেল ঈবেম্মা। পম্বৌ ঐস্থ ঈপারী শাৎতে, ঈমোম অমতা ফুঈদে; ঈমোম শকৃনা লাংগোলজগে” হায়না রাহোমলকলে। অস্থমনা লৈমিননরকপনা ল্লোইদাম থাবুম অহুম শুরক্লবদা; চীঙঙ খোইয়ুম লাইগী নোংদমখোননা কনথিবনা কোরৌ হুমিৎ অমদা লিকশংস্থ শাফবীনা—পম্বৌ শকৃপা খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবদা রাহোমলকৃলে—“হে পম্বৌ! ঐগী ঈশাবীদি পাখং বনে ঈথংলেলনা কোঙ্য়াঙ্ চৈশু হুমা পীরমমে। কোঙ্য়াঙ্ মাবু কৌরৌ নোঙ্জা খুদীঙ্গী ভাংখা লমজাউদা কোইনা চৎপদা পুজরবদি তীনমু-লাইমু অপুমবা ভাকথোককনিয়ে। য়েকৃনবা থিবীক চঙ্লোইএ; কোঙ্য়াঙ্ চৈ অসিবু পায়রবদি খুল্ নিংথৌ নত্রগা লৈপাক অমগী মপু ওইদুনা নিংথৌ ওইগনি হায়রমলে। অহু নোংদগী “কোঙ্য়াঙ্ চৈশু মতাঙ্ মরীনা নস্থগী থমবীরগে, মতাঙ্ অহুম অমনা পম্বৌগী ওইবীরো। পম্বৌনা কংলা থোকাবদা তাইবঙ্ কনা পঙ্না থঙ্হনবীগনে।” অসী হায়না পম্বৌ খুয়োল্ মাগী মথুৎতা থুৎশীননরে। অহু নোংদগী খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবস্থ মমোমনা পীবীবা কোঙ্য়াঙ্ চৈশু অহুবু হরাউ-হরাউ লৌশীন-হনা থমজরে। “খুয়োল্ ঐগীদমক্তা ঈমোম লাংলেল্ লিক-শঙস্থ শাফবীনা মপস্ ঐগীদমক তমলকপবা কোঙ্য়াঙ্ মতা

ফবা চৈশু অসীবু; ঐগী শমু পাঙল শোনবনা লৈকায় পনশাং লানবা চৎপা মীকুপ হাঙ্দনা অহোঙ্ কুমমৈ য়েংবদা শমান লেংমানবা মরূপ মপাংগী মমাংদা লেম্নবগুম পুগে” হায়না শমু খুৎচননা কোঙ্য়াঙ্ চৈশু অহুবু পায়নখিয়ে।

---

## মমোমগী খোঙ্গুল লীরকপা

পল্লেম লানৌ খুললাকপীনা মমোম লিকশঙনু শাফবীগী মরম কয়াবু খললুরগা কোরৌ হুমিৎ খুদীঙ্গী পোথাকম খঙ্লকতরে। ঈমোম চেংলৌ হেনবী লিকশঙনু শাফবীবু পম্নৌ মপাগী চেথেঙ্ কনখিবনা পম্নৌগী মোংবা মরালয়ায়; পল্লেমগী মশাই কোন্দশু লৈঙমদ্রবা ঙসি. লোইদাম থাবুম অমগা কোরৌ শীঙবুম তরাগা নিপানানি হোৎখরে। অসীগী মতুঙ্দা পল্লেম মমা লানৌ খুললাকপীনা মশাবী খুললাকপবু তাহন্দনা, মমোম লিকশঙনু শাফবীবু শোঙ্লবা উমংগী মনুঙ্দা পল্লেম মমা লানৌনা শমু খোঙ্গুল্ লীরক্লে “হে ঈমাগী ঈমোম লাংলেল চেংলৌ নাঙথীবী! নঙ্বু মফম কৈদা লৈশ্রবনো? উমং-হ্রানুঙ্ অশোঙ্বা মরকতা পল্লেম নমা ঐগী মীৎয়েং শাংথৈরকপদা ঈমোমগী চেংলৌবু উখিদরে। হা—ঈমাগী ঈবেম্মা, লিকশঙনু শাফবী! পল্লেম নমা ঐনা কোববু তাদবয়া! নমা ঐনা কোববু

তাবা-থোকলবদি থোরকলো ; ঈমা ঈচা চীনগোয় পাউমেননসি” অসী হায়দনা, মমোমবু খুৎলাম তোয়না কোর-কোরদূনা অশোঙবা উমং-হুংদা য়াংগোইরকলে। অহু নোংদা উজাউ উরেল কয়া মরামনা কোয়না হোরবা মফমনি। হৈরাং-লৈবাং থৈবকস্থ হৈনম-লৈনম মপুঙ্ ফানা পুহুনা তাউজিং হৈরাং কয়া, শাঙ্গল লৈরাং কয়াস্থ লৈশাং তমলম্মী। পল্লেম মমা লানৌ খুললাক্পীনা ঈরাম খাংপোক অহুবু উরকলবদা পায়না পূকনীঙ-হুংদা মমোম লিকশঙনু শাফবীবু মফম অদূদা লৈরমগদবোই নাঙ্দনা চংশীন-লক্পদি মমোমদি লৈরমদরে। খাঙপোক অহুগা মনুংদা চংদূনা মীৎয়েং তারকপদা, মমোমনা শেৎখিবা চরৈ ফজেৎ অমদি ঈচাঙ্ নাহিংনা কংশিললবা অমবু তাহনা লৈবা উরক্লবদা, পল্লেম মমা খুললাক্পীনা কোক্পী ঈ কাখরে। “হা—ঈমা॥ লাংজেল্ ঈবেম্মা, লিকশঙন্ন শাফবী ! নঙ্বু শোঙ্লবা উনংগী মনুং অসীদা নতারোয় কনাবু য়াউদনা, নশা নরোমদোম্ লৈরুবদা, পাম্না শরাক্ তমহুনা কৈরেল য়াখা থাগ্রবোই। পম্থোগী চৈথেঙ কন-খিবনা ঈমোমবু খাঙ্মূ থক্তা কেমহুনা মাঙ্গ্রবোই। পল্লেম নমা ঐবুদি রারোগনুকো ঈবেম্মা। পম্মৌ সিংজেল্ খাবগী মনাঙ্দা পল্লেম নমা ঐহাক্না ঈমোমগীদমক্তা চরৈ ফজ্ঞা অমস্তস্থ থোন-খিদরে” হায়হুনা পল্লেম খুল্লাক্পীনা শোঙ্লবা উমং হুংদা নোংজেল্ মরাঙ্ হৌনা খোঙ্বগুম মিকপলক্রে পল্লেম লানৌ খুললাক্পীনা মমোম কায়নবা মৈচাক্না অঙাওবীগুম্না মরাল-য়ায়দা পোঙ্দোয় উমখিরে।

## চরৈ ফিশাবা,

খুয়োল্ রাখোঙ, শেংবগী মরাল-য়ায় নীঙ্থীবা মাংগোল্ খেলজঙ্ লাংদা মমোম চেংলো হেনবী লিকশঙহু শাফবীনা মপারী নাওরাবু নূরা মাগী মনাক্ নকনা নাওশুমহনা থম্লগা, ঈয়োঙ্ ফিশা তম্লক্লে—

"য়োঙ্থম্ মাঙ্দা থারগা
চরৈ পান্নয়োং তিংথোক্লে;
কোন্নবদি অনী নি,
অমনা থাদা পমশিললে।
অমনা তোন্দা হাপ্চিললে;
হংজৈ কারন লাক্শীন্নে;
শুনা থারাক্ মরীনী।
অনীনা থক্তা পুখংলি,
অরাং তোন্বী না-ওংথোক্,
থক্ত থরো ওলক্লে।
উশোয়গী নময়াং অপিশক্
থেউগী পাঙ্দেম চীন্দুবী।

ময়ায়দা লাংখোং হল্লোক্লে,
নাইতে অনী হুৎতোক্লে ;
য়েন্দু ফৈনা খিংজিংলে।
মনাকোং শরীক্ থাংজিললে,
য়েৎননা হুললে ওয়না-ওক্,
ওয়না হুললে য়েৎনা-ওক্ !
খ্রিং লাওবা খোঞ্জেন্না
শেন্দাং চক্রায় তাগুম্বী
রাইজনীঙ্বী তেমথেং-নি ।
মীকুপ্ নাহুম য়েংহুনা
মপারী নাওরাবু য়েংজেদো,
নুরানা শাবা চরৈদো !
চরৈ ফিয়ায় মহুঙদ্রা
লাইজ ঈয়োককোম্ তৌথোক্লে;
ঈয়োক্ চিথেক্ মরীদা
থরো থম্বাল্ শাৎহল্লে,
থমনা খৈনজোং নীঙথীবী !
নৌনা য়েম্নীঙ্ হুনহল্লে ।
লাইজা চোম্না লৈহনলে,
ঙাখা চারিয়া লেক[illegible]লে ;
অঙাঙ্বা ভমর্া লেক[illegible]লে,

পারীবু তন্না য়েংঙৈজদো।
নুরানা শাবা চরৈদো
কয়াদা নীঙ্থী জবনো ?
চরৈ ফিগী ফিবান্দা
তাঙ্জ লিলগী ময়েক্না
মরৈ তমনা লৈবগুম
মহু পুবা তাঙ্জনা
মরৈ মরৈ য়েংনরে।
অঙাঙ্বা কাইরৈ শাদা-ফি !
ভুবী মুনা তাবনি ;
অমুবা চরৈ য়েলনৌ-ফি !
শাশবা ঙাশবা য়েক্পা—ফি !
অউবা মীপুম খূদীঙ্না
নুরাগী চরৈবু য়েংবদা
পুক্নীঙ্ হুনা মশক্নী !”

নুরা লিকশঙহু শাফবীনা ঈয়োং পাঙ্গ্লোঙ্বু তত্তনা তেমথেং কন্না থেংলকলে। মপারী নাওরাবু নাওগুমহুনা থমলগা মরকমরক্তা মপারীবু মীৎয়েং কুপ্তুনা য়েংজৈ।

লিকশঙহু শাফবীনা চরৈ ফিবু ফিশারিঙৈদা, মতম ঈচা-চাদনা চেক্লা ঙক্শি থরাম্বী লম্ খুহু অমনা মখৌ পোঙ্না “কু-কু কুকু” হায়বা খোঙ্খাংনা তোয়না খোংশৈরক্লে। নুরা লিকশঙহু শাফ-

বীনা মপারীবু করি অমুক্ খোল্লগদগে হায়দুনা লম খুহুবু য়েংহনা চীনগোয় রাহোমলক্লে ;—

"হা—চীঙ্গী খুহু ঙাংজেংবী !
চেক্লানা নখৌ পোঙ্হনা
পামেল্গী ফৈরা থক্তুদা
নীঙ্ঙায়ব লৈতনা খোংহনা
নখৌ পোঙ্না খোংবদি
চেক্লা নঙ্না খোংবদো
তোক্লো গবা চেক্লা-ও।
"হা—চীঙ্গী খুহু ঙাংজেংবী ;
কু-কু কু কু খাঙ্মৈ-তৎ !
ঈচা নিংথৌ শিগনি
ফিগে ঈয়োঙ্ তৎকনি,
চেক্লানা মতম চাদনা
তত্তনা খোম্বাং তোয়বসে।
"হা—চীঙ্য়া খুহু ঙাংজেংবী !
হা— চেক্লা নহাক্কীদমক্
অঙোবা চেঙ্ঙৌ থাবীগে,
লাইজ অরাবা থিক্পিগে।
চেক্লা পুক্-থন্না খঞ্জরো ;
লাইজ ঈথৌ লাংরবসু
ননীঙ্ তমনা থক্লো-লাও,
"হা—চীঙ্য়া খুহু ঙাংজেংবী।

অহু নোংদা লিকশঙহ্ন শাফবীনা মতুঙ্‌দা "হা – চেক্লা নহাক্নী; নশরক্লী" হায়দনা মচাঙ্গাক্ থাবীখিয়ে। নূরা লিক-শঙহ্ন শাফবীনা মপারী কোনদে তৌববু থীক্‌লেল্ থাদা নাও-কোলবীরে, মুজা ওইবী মাগী পায়মা পীবুকম্নংদা অরাবগী রাখল্‌না মওল্ মওল্ খল্‌লহ্নুনা চীঙ্গ নোংদমবা লাইবু থম্মোয় লকাম্নুংদা নিংজরক্‌লে।

---

## কোঙ্‌য়াঙ্ চৈশুগী রাখোক্

কোরৌ নোংমগী মুমিৎ অদা খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবনা মমোমনা পীনবীরবা কোঙ্‌য়াঙ্‌গা চৈশু অহুবু পায়হুনা মপু সনা কংলা থৌ কাবদা পুজরে। কোরৌ মুমিৎ থরা লৈরগা নোংমা কংলা থৌ-কাখিবদা কেগে নিংথৌগী থোঙ্‌জীন্দা কোঙ্‌য়াঙ্ চৈশু অহু কোক্ হেক্ ঙারমলে চীঙ্গ খোয়য়ুম মাগী নোং-দমনা কনখিবনা কোঙ্‌য়াঙ্ চৈশু অহু থোঙ্‌জীন ময়াদা তুথ-খরে। অহু নোংদা; খোইয়ুম লাইগী থোশীন খোনবু মীরম্বা কনানা ককপা ঙমগনি। খোয়ুম মাগী নোংদমনা কনখিবনা নিংথৌগী অমত্তা তাংনা শাৎপা মপারী অমনা কোঙ্‌য়াঙ্ রা চৈশু অদুবু কোক্ হেক্ কালরে; অহু নোংদা নিংথৌগী মপারী

অহ্ মীৎনা কূপ্পদা মাগী য়াইবী থয়ায় মাঙ্লে। অহ্ নোংদা নিংথৌনা মপায়ী কায়না মৈচাক্না তেংথনা মীকপ্লকই, "হে— পায়ী ঈবুঙ্ঙো!" নহাকপু হৈয়াং নাহেশু চললমদে; থোই-য়ুম কনাননো? হায়না মীৎকপ্পবদা খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবনা কেগে নিংথৌদা য়াহোমলক্লে; "হে— ঈনিংথৌ-ও! ঐগী কোঙ্য়াঙ চৈশু য়ায়-ওয়রবসিবু কাললুবগী ঈনিংথৌ নহাক্কী মপারী অসীবু * নোংমলবনে।" হায়না কেগে নিংথৌদা য়াহোম-লক্লে। য়া অসী হেক্ তাবদা; নিংথৌনা "হে— ঈপু খুয়োল্! মঙ্গী কোঙ্য়াঙ্ চৈশু অসীনি হায়রবদি, খূদম্ থঙ্নবা তেক্পী ওক্ অমা কালহল্সে" হায়দনা তেক্পী ওক্লেল্ অমবু কাগহন-বদা; খূদক্তা † নোংমললে। অহ্ নোংদা নিংথৌনা মাগী পায়মা পীবুক্-হুংদা ঙক্চান-ননা অকীমা অমা ওঈহল্লে।

কেগে নিংথৌনা খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবদা য়াহোমলকএ; (=য়া হায়রকলে) "হে— ঈপ্তাবী-ও!" ঈপু নহাক্কী কোঙ-য়াঙ্ চৈশু অসীদি কদায়দগী হলক্পনো? হায়না পাওহংলে।

খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবন হায়য়ে— ঈনিংথৌ ঐগী ঈমোম অমতং লৈজে। থোইয়ুম নবুগ্ (=নপুথৌ) পাথংবদা ওঙেঙ মাগী মপারী অমা শাৎলে; পারীগীদমক্তা য়েক্লা তিংথং চঙ্-দ্রনবা হায়দুনা পম্লৌ থোইয়ুম পাথংবা মানা পীবীবনে। হে—

* নোংমলবনে,—য়াইবী থয়ায় মূৎ, শিরে। † নোংমললে— য়াইবী থয়ায় মূৎলবনে, শিয়বনে।

ঈনিংথৌ-ও! কোঙ্যাঙ্, চৈশু অসীবু পায়রবদি নিংথৌ ওই-রবনে। মতাঙ্ তরেৎ শুবনে, মরীনা ঈশুগী থমলি; অহম অনা ঐগীদমক্ ঈমোম্না তম্বীরক্পনে।"

খুয়োল্ রাথোঙ্ শেংবগী রাকম্ অসী তাবদা কেগে নিংথৌনা রাহোমলক্ই; "হে—ঈপু! ঈপুগী কোঙ্য়াঙ্ চৈশু অসীগী কাওজা মমল্ ওইনা সনা, লুপা মীপোৎ অমা পীরগে" হায়না রা হায়রবদা কোরৌ অহুগী নোংদা খুয়োল্ রাথোঙ্ শেংবনা মাগী পায়মা পীবুক্ মুংদা। ওহাক্ রাথল্ তৌ-রক্রে,—"কেগে নিংথৌনা হায়রীবা রাকম অসীবু য়াহৌদ্রবদি নিংথৌনা কোঙ্য়াঙ্ মাম্বু মুন্দুনা লৌথিবা, খুয়োল্ ঐগী য়াইবী থায়ম্বু মাঙ্নাওভাই ওইনিয়ে" হায়না রা-থললবদা; খুয়োল্ মাগী পায়মা মুংদদি কোঙ্য়াঙ্ চৈশু অহুবু পীথোক্নিঙ্লম্দে। খুয়োল্না তরেৎ-তরা থোকনা রাথল কয়া তৌজরহুনা—"কেগে নিংথৌগী মপু সনা য়াথংবু মালেম নৈদা তাহনদনা; খুয়োল্ রাথোঙ্ শেংবনা চরৈ ফিগাউ শানা হোয়য়ারহুনা কোঙ্য়াঙ্ চৈশু মাবু কেগে নিংথৌদা হরাউ-হরাউ শানা পীথোক্লে।" নিংথৌনা কোঙ্য়াঙ্ মাবু পায়মা পুক্নীঙ্ পেম্না লৌজরে। নিং-থৌনা চৈশু মাগী কাওজ মমল্ ওইনা সনা, লুপা পুথোক্তুনা খুয়োল্দা পীবীরে! অহু নোংদা খুয়োল্ রাথোঙ্ শেংবনা সনা লুপা পুথরক্তুনা মোংবা মরাল্-য়ায়দা থুংলরে। অহুদা মমোম লিকশঙনু শাফবীদা কেগে নিংথৌগী মপারীনা কোঙ্-

য়াঙ্ চৈশুবু কাললুঙৈদা, মপারীনা য়াইবী মাঙ্খিবগী রায়মুবু মথঙ্ শীংনা পাউদমলে। "নপন ঐগী চৈশুদো কেগে নিং থৌনা পীয়ো হায়রবদা, পীদবা য়াদরগনা কোঙ্য়াঙ্ চৈশু অদো কেগে নিংথো পুরিংলাই লাইমুতেং পুন্সিবদা পীথোক্লম্লে। কেগে নিংথৌনা কোঙয়াঙ চৈশু অদুগী মমল্ ওইন। সনা লুপা থব্রা পীনবীরক্লে।" অসী হায়রবদা। মমোম লিকশঙনু শাফবীনা পায়মা পূক্নীঙ্দা অরা থাম্বী মৈশা ফংনা ঈপায় কোক্ ঙাওনা হুংওল্লে।

খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবা পন্থোদা নূরা লিকশঙনু শাফবীনা পায়মা পীবুক্ রানা রাহোমলকলে; "হে— পন্থো-ও! কৈদো নোংগী কোঙ্য়াঙ্ চৈশুবু পীরমলিবনো? ঈমা-ঈচা ঐখোয় অনিদি থাঙ্ঙ্-থক্তা মাঙ্বা তারে।" অসী হায়দনা রাহোমলকই।

খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবনা মমোম লিকশঙনু শাফবীবু থেম-জিললে, "হে—ঈপাগী ঈমোম ঈবেম্মা! রারোরগনো? নপন ঐনা অহন মতম ওইরবনা পূক্নীঙ্ রাখল্ পূম্বা মাঙ্খরে। চীঙও মানা থৌজাল্ নোংদম্বীবা ওইসনু।" অম্সুন্না মমোমবু থেমজিন্দুনা লৈমিননখিয়ে।

খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবনা কোরৌ নোংমদি কংলা থৌ-কাখি-বদা, কেগে নিংথৌ লাইমুতেং পুনসিবগা, মনাই থরগা নাপক্লা চীক্না রা-তাননরম্মী—"খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবগী মশুদি শোয়-দনা নিংথৌ ওইগনিগে; অঙাং নাওরা অসীনা হয়েং চাওরক-শাংলক্লবদি খুয়োল্ মাগী থৌয়িনশিননা কেগে নিংথৌ নহাকী সনা ফম্বাল্-লাংবু মুলখিগনী। মরম অদুনা নাওরা মাগী য়াইবী

মথন্নায় মাঙহন্নবা ঙসী কোরৌ ঈনুঙ্ সোয়য়ামদা থৌরাঙ্লসে। অসী হায়না রা-তাননরম্ববু, চীঙঙু খোইয়ুম লাইগী নোংদমদগী খুয়োল্ মানা নাপ্পা চীক্না রা তাক্লরে। অদু নোংদা খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবনা থরায় মিরেল্বু অরাবনা মিপাইরঙ্না সনা কোন্নুংদগী য়াম্না থুনা য়াংনা মরাল্য়ায়দা কুমলক্লে। পম্বৌ খুয়োল্না হেক্ থুলবগা মমোম লিকশঙমু শাফবীদা মীরমবা কনা উহনদনা নাপ্পা চিক্না চীনগোয় রাহোমূলক্লে; "হে— ঈপাগী ঈমোম লাংলেল্ ঈবেম্মা! করম তৌসীবনো, তাও-ও! কেগে নিংথৌনা ঈশু কোনদে নাওরা তনৌব অসীবু ঙসী কোরৌ ঈনুং শোয়য়ামদা পারী ঈশুগী য়াইবী থরায় মূৎহনসে হায়না মনাইশিংগা চিক্না রা—তান্নহৌরে। করম তৌসিগে ঈবেম্মা!" অসী হায়ঙৈদা। মমোম শক্না লাংগোলবী লিকশঙমু শাফবী! ঈপাই কোক্ ঈ কানা রাথরে। কোরৌ অঙালবনা তাদরিঙৈ, তরা চাক্পু ঙননা ফুহৌথরে। পল্লেম পম্বৌগা তরা চামিন্নবা লোইরঙ্না, নুরা লিকশঙমু শাফবীনা মপারী কোনদে তনৌবা মুংশিববু চরৈ নাহোং চেৎনা শারগা, কোঙ্য়াঙ্ চৈশুবু পায়শিল্লুনা পম্বৌ-পল্লেম অনীমক্পু খুরুম-জমলগা মরালয়ায়বু তুংওইনরমঙ্না থোক্লক্লে। খুয়োল্ রা-খোঙ্ শেংবগী মশানৌ খুয়োল্ লেম্বীনা মমোম অমদি চাওদম্বিবা কোনদে নাওরা তনৌবা-তনৌবা মশুবু কোক্ লুরেলদগী শমু মথুৎনা শীৎথ-নাম্বৰীঙ্না— "পারী চাওদরিবা! পল্লেম নমা নচাবু নবেল্ ঐনা লৎনা থোঙ্দি থিংদে; খমগোল্ মাগী

অকনবা চৈথেঙ্না থোইনা কনখিবনা, মালংবা মাবু শমু পাংগল্ শোনবা নবেল্ ঐনা করম্না কনশিবনো হায়ববু ঙমখিদরে।” “হা— লিকশঙন্থ শাফবী ! পল্লেম পম্বৌ অনীবুদি নাওপুদে হায়না খনগন্থকো ঈমাগী ঈবেম্মা ! নমা-নচানা য়াংদৌ লমশাং চৎপদা লম্মা-খাঙ্দা নতু-তুবুম অমতন্থ তেক্কন্থকো ঈবেম্মা” হায়না খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবগা মশানৌগনা খিক্লেল্ খাদা ফু, তরঙ্ লাইজ্ঞা ঈহৌনা, লৈকায় পনশাং মীমাঙদা ফোংনা-লাওনা কপ্‌পশু য়াদনা, থূপ্‌চাননা লৈহোরে। নুরা লিকশঙন্থ শাফ-বীনা মপারী নমদা পোদুনা পল্লেম পম্বৌ অনিগী মোংবা মরাল্-য়ায়দগী পল্লেম পম্বৌ অনীবু শেৎন-খাইনরম্লগা শমু খোঙ্দোয় তমলক্লে, মীরমবা কনাবু উহনদনা য়াংদৌ লমশাংবু থূপ্‌চননা য়্যাংগোয়খিয়ে। কোরৌ হুমিৎ অদো হুমিদাং-রাইরমগী কোরৌ হনবা অঙানবনা মরাল্‌য়ায়দা চঙ্খিবা মতূঙ্ তবুম তবুমবা খোঙ্-লৈ মতমনি। নূবা লীকশঙন্থ শাফবীনা পায়মা-হুংদা রাখল্ তরেৎ তরা থোক্লা রা-খললক্লে— “ঐবু কনবীগদবদি খূমল্ নত্তনা কনা লৈতে; খূমল্ মপূঙ্-য়ায়দা চেললগে” হায়না লেপ্লহনা ঈনুঙ্শোয়য়ামদা লমলেল্ হাউতক্ শমনা তত্তনা য়াংগোয়রক্লে। কুম্বী তারে। ঈথায় য়োরক্লে; * লাইরেল ঙাংঙোই য়োয়মোঙবা তুতেংকোনদি লাইজ ঈঙৌ হৌরমলে !

* লাইরেল ঙাংঙোই য়োয়মোঙ বা তুতেং কোনদি লাইজ ঈঙৌ হৌরম্নে !— তুবী লাইরেল্ শা্‌বঙমনা থেকনা থোইনা চৎলিব', য়োয়মোঙ্‌বনা তুতেং লমলবা তুরেলৎ লাইজ ঈশিংনা লুপাগী ক্‌চুঙমনা ঈঙৌ তৌনা ঈহৌরমলে ! তুরেল ঈশিং চাওরঁমলে।

নুরা লিকশঙহ্ন শাফবী! মমা-মচা অনীনা লমলেল্ ঈথায় খোঙ্য়াদা অহীঙ্ নোংশোয় অদুমা চৎকম্ খঙ্ব্রহনা কোই-ঙাওনরহনা অমমৃবদা য়ানা থাংলহনা লৈরক্লে।

---

## ফাথিবা

অহীঙ্ নোংয়াই চবুক্ লোললকৃপদা; কেগে নিংথৌগী লালমী খোঙ্লোয় খরা থারকৃতুনা খুয়োল্ য়াখোঙং শেংবগী মরাল-য়াইদা থুংলবদা লিকশঙহ্ন শাফবী নাওরা ওইরিবা মপা-রীবু য়াইবী লোগে খৌরাংলুববু; পল্লেম মমা মচা অনীদি লৈরমদরে। কেগে নিংথৌগী লালমী খোঙ্লোই অঙম্বা মখৈনা খুয়োল্ মাবু তমথীরবা নৎতা রাহৈনা চৈ-থেংলকলে। খুয়োল্ য়াখোঙ্ শেংববু "খঙ্গনি হন্নবা," হায়রম্লগা অঙম্বা লাললোই খোঙ্ মীশিংনা নুরা লিকশঙহ্ন শাফবী মমা মচাগী মরা খোঙ্গুন লীরকলে।

* অহীঙ্ নোংশোইবা লমলেল ঈথায় খোংয়াদা শীঙনাং ভুমবৌ মরক্তা লিকশঙহ্ন শাফবীনা মপারীবু থিক্লেল থাদা নাওকোম্দুনা অম্পূল লৈরিঙৈদা, ঈঙ্গুং শোয়ায়মস্থ ঙাললক্লে।

* অহীঙ্ নোংশোরবা,— অহীঙ্ চুপ্পা, অহীঙ্ অম্বমা।

নোংপোক্ চীঙ্খৈ পাংবা লম ! নোংপোক্ থোঙলেল্ হাংলকলে, * লোইবী হেমবা অমুবী ! † থোংনাং চীঙ্শোয় অমুবা, † থিংবাই নিংথৌ পাউহন চেক্না ময়ুম + থোঙ্নাঙ্ কাক্কী লালপাউ চেননা য়াংগোইরক্লবদবু— কেগে লালমী ময়ামনা হুয়েল্ লাল্ হোরক্লনা লিকশঙনু শাফবী ফারো—ফারো” হায়না তাওবা হুইয়ামশিংগা লোয়নহনা তান্নরক্লে। কেগে লালমীগী অকনবা খোল্লাউনা নিলখোংবদা লমজাউ অদো থামবী মৈগা ওইরে। তাওবা হুইয়াম্না শাহুই খোঙ্গুন খঙ্বা ওইদনা, নুরা লিকশঙনু শাফবী ! মমা-মচানা য়ারো চা শাঙ্ঙাই লাম্বী চাগা ওই ; শাগা, হুইগা তান্নরকপা, খাম্বী মৈমাঙ্ থারক্লে। অহু নোংদা তুরেল লাইজদি লাম্বোকনবা থোং অমত্তা লৈতে, হি থাদে। লাইজ ঈরালত্রিভৈদা, হুয়েল লালমীশিংনা নক্শীললকলবদা, থংগাল চনু লিকশঙনু শাফবীদি ! মিপাই কোক্ ঈ কানা মীকপ্তুনা তেংথারক্ই— “চীঙঙ্ খোইয়ুম নোংদম্বা ! করি মতৌ কৌবনো। হুজা লাইক্পীরবী ঐহাক্কদি তরাকুনি শুবা ঈপান হৈশোয় থাবদা, হৈরাক্ চেংজেন থোহু থক্তা খোর্জে থাববু তমথীরে।” পারী ঈবঙ্ঙৈ সনা য়াইরং চান ! মাপোক্ লাইবক্ থীবা কোনদে নাওরা তনোবা নঙবু চাওননবা নাওয়োক্পদি তাইবঙ্গা মান্নদে ; তাউজিং য়োক্পগুম্না লাইবক্ থীনা

---

* লোইবী হেনবা অমুবী,— কাকক্ অশোম্। † থোংনাং চীঙ্শোয় অমুবা,— চারোয়। † থিংবাই নিংথৌ পাউহন চেক্না,— ময়াঙ্ কাক্। + থোঙনাং,— ময়াং।

নাওয়োক্‌লকৃলে ; তাউজিংগা পাগে ঈমান । তুমু লৈকন-তৌ, মালেম্‌ লৈথীন তোয়না লাইজ খিক্‌শেং চাইননা নাওয়োকপদা অরাং লমগী থাবা উল্‌লেল্‌ হিনা য়ৈগনি হায়না, খূনীঙ্‌ লৈনা কাঙ্‌, খূবাক্‌ লাইথনদি শানা নাও-য়োকপবু উনদি কল্‌লগা, কালেল্‌ মুংশা মৈনা কাবগুম— পারী নহাক্কী য়াইবীবু মাঙ্‌ল-গবরা খঙ্‌দরে ; "হে নোংদম্বা ।" অস্ুম হায়রল্লগা ; মথংলেল্‌ পাফন্‌ লিল্‌হা নিংথৌবু খূলাম্‌ তোয়না পুরুমলকৃলে ; "হে— লাইয়িংথৌ ক সনা মপূরেল ।" মথঙ্‌-তেংবানবগী মপু মালেমসিদা নউদি অমতা, *শাইওল্‌ শয়াম্বা লাইয়িংথৌ ! হয়ি চক্তা পাফন্‌ লিল্‌হা নিংথৌ ওইনা মালেম্বু চাকপীবা ; থুম্নুং চক্তা লৈম্নুং কোনচিরেল কৌনা লাংওল্‌বা ; লাংবা চক্তা লোলাং পাথংবা কৌবা লাইয়িংথৌ শিদবা . কোন্না চক্তা নোংদা লাইরেল্‌ পাথংবা কৌরিবা লাইনে । তাইবঙ্‌ শল্‌লাই থায়বা লাইয়িংথৌ ; লাংওল্‌ য়াম্বা পাফনবা । নঙ্‌দি পাথবগী লাংওল্‌ তশেংবনে । পাথংবা হায়রিবৈদা— লৈমরেলগী শীনয়োম্‌ মুংদগী পোক্তুনা শল্‌লাই তরেৎ পোক্‌হনবা লাই-য়িংথৌ ঈমা লৈমরেল্‌না লাংওনবদি নাপৎ তাবী থীৎ লৈমা কৌনা অঙোম পোক্‌পা শল্‌লাই তাংদা হায়মু লৈমা কৌনা খুমল্‌, লুরাং পোক্‌পা । অসিগী মতুঙ্‌দা তুলাই থমদা কোং-কোইনে তৈমা, য়াংমা, তেশরোৎ, উরৈল্‌ খূবা, উরেল্‌ হনবা ঈরেম্‌, থাপী, লাংমগা মথোয় মাপল্‌ অসী পোক্‌লগা অমুরক্‌

*শাইওল্‌ — লাংওল্‌ অতোপ্পা মপোক্‌ অমদা

ছম্না শল্লাই তাবদি তৈমনা মৈতৈ পোক্পা, তশরোৎনা—তখেল্ লোকপা, উরেল্ খুবনা কুশুগা পাথানৃগা অনী অসী পোকৃলে। উরেল্ হণবনা মোইরাংগা, থোকৃচোমগা পোকৃলে; য়িরেম্না * তুমি, পাশা পোকৃলে। থাপীনা থাকিগা, চাইরেল্গা পোক্লে। লংবনা মোইরাং ময়ূম পোকৃলে; লংতেগা পোক্লে। য়াংমানা—ময়াঙ্ পোকৃলে। পূমনমক্ অসীবু পোকৃপীবা, শেমবীবা খোইয়ুম লাইনে। মলেম্ অসীদি-ঈবুঙোহ্ নঙ্না পোকত্র, চীঙ্ঙ ঈবুঙেঙ্! নপারী কোনদে নাওরা চাওদবগী য়াইবী অসীদদি কনবীয়ো" অসী হায়রা নোংলেল্ খোংগুম মীকপলবদা, পাফন লিল্হা নিংথৌনা রাকৃয়ৈ ( = হি ) অকায়বা শানা তাওথরকৃলে, অহুগা তুরেলগী নোংপোক্ থংবা লৈরাইরোম্দা অরোং শঙ্গোয় তাবগী মশানৌ শঙ্গোয় তাবীনা চরৈ ফি শুদুনা লৈরি। শঙ্গোয় তাবীগী মনাকৃতা রাকৃয়ৈ হি অমা তাউথরকৃলে। হি অহুবু উরবদা, নুরা লিকশঙস্থ শাফবীনা রাহোমলকৃলে, "হে— খোয়নৌ ঈতা লেংমান্নবী! হুজা ঐগী রাবু তাবীয়ো, ঐদি লাইবক্ থীবীনে, পল্লেম পারী ঈমা-ঈচাবু কেগেগী লাল্মীনা ফাগে হায়দনা লাল্দারকৃলে, ঐ অসীদি লাল্জেল্লকৃপনে। ঈতা! নঙ্না ঈমা-ঈচাগী য়াইবী থরায়দদি কনবীয়ো; রাকৃয়ৈ হি অহুনা ঈরাল্বীয়ো;" হায়না রাহোমজরবদা ( = রা হায়জরবদা )।

অয়োং শঙ্গোয় তাবীনা রাহোমলকৃলে; "হে— খোয়নৌ ঈতা—ও! হি অসীদি পীকৃস্থ পীকৃয়ে, কায়গু কায়রেদা; শমু

* তুমি = ভীমী

মীকোক্ অহুম্ লানবদি য়াঙম্লোই। কনা হান্না লাল্সিগে?"
অসী হায়না রাহোমলক্লবদা।

নুরা লিকশঙনু শাফবীনা রাহোম্লক্লে "হে— খোয়নৌ ঈভারোয়! পারী কোনদে নাওরা তনৌবা মহাকপু হান্না লাল্বীয়ো" হায়ঙৈদা। কোং য়াঙ্ চৈশু অদূগা কোননা মপারী নাওরাবু লাইজ ঈরাল্লক্লে। পল্লেম্ লাল্গে হায়না ঈরাল্লক্লবদা, নুরা লিকশঙনু শাফবীবু রাক্নৈ হি লানগে থৌরাঙ্ লিঙৈদা, কেগেগী লাল্মীনা থুংলদুনা লিকশঙনু শাফবী ফারে। অদুনোংদগী অরোঙ্ শঙ্গোয় তাবীশু লাইজ ঈশিংদা চোংথদনা চেনখংখিদুনা লৈরাই কাখিহুনা মপারীবু * উন্নাক্তা হাপ্লগা লমজাউ তম্না থুমল্ মপুংয়ায়দা চেনখিহুনা অরোঙ্ শঙ্গোয তাবীনা মপারী নাওরা তনৌবা অহুবু থুপচাননা চরৈ ফিগুম্ থম্খিয়ে।

কেগে নিংথৌগী লাল্মী অনীনা রাক্নৈ হিনুঙ্দা তোংদুনা অঙাং নাওরাবু ফাগে হায়দনা হিরানবদা খোইয়ুম পাখংবনা লাইজ ঈয়ায় য়োরক্লবদা, রাকনৈ হি অহু ঈশিং ময়ায়দা ফৈগাক্ তেক্তুকা লাইজ ঈরোলহুংদা লুপথখিহুনা কেগে লালমী অনীমক থুদকতা য়াইবী মথরায় মাঙলে। অদু নোংদগী মফম্ অহুবু "নাওহু হীয়াঙ্ তেক্" হায়না কৌনরে। নুরা লিকশঙনু শাফবীবু কেগেগী লাল্মীশিংনা ফাদুনা থম্লে! লাল্মীশিং অদুনা কোনদে নাওরা তনৌবা অদুবু ফাননবগীদমক্তা শীল্ লাঙ্লি।

* উন্নাক্তা — উগী খুদেংদা।

লিক্‌শঙ্‌নু শাফবীনা মপারী কায়না মৈচাক্লা য়াঙ্‌দৌ থক্তা চোংল-চোংলহনা নৈহোরে। "হে-ঈমাগী ঈবুঙো সনা য়াইরংচান!" পারী নহাক্‌পু পল্লেম নমা ঐনা করী হায়সিগে! খোইয়ুম নোংদম্বা লাইনা পারী ঈচাগী লম্মন তোম্না য়াইবী থরায় মাঙউ হায়না তমথ্রবোই! ঈচাদি লোইদাম থাবুম অহমদা মঙায়রি। পল্লেম কনাগী খোমলাং থক্‌না হিংগবা ঈচাবু! অরাং চোথে নোংচুপ চীঙ, পারী নোংনেম পাউথেম চীঙ্‌, অদোল নিংথৌ থাঙ্‌রায় পাখংবা, নীঙ না কিশি চীঙ্‌দা ওঙ্‌বা লা, হাওবা লারাক্‌-তম, তোংদমগী চীঙদা চংবী লকা ফননা শাৎপা লাদো, পারী ঈচাবু মুংশিজরবা মৈচাক্‌ অকনবা ওইরগা, কেগে নিংথৌগী মপু সনা য়াথংনা মালংবা চৈথেঙ্‌ য়ৈরক্‌পদা চংবী লারাক্‌ থায়না শেগায়নবগুম পারী ঈমা ঈচাবু কোরৌ ওসিদগী শেৎনৌ, কায়নৌ হায়না তমথ্রমানেদো। ঈমাগী ঈবুঙো সনা য়াইরংচান! পল্লেম নমা ঐগী তাজীন ফৈরা-থক্তা পমজরগা ঈমানা খোমলাং ইনখিগে" অসী হায়-রম্লগা মুরা লিকশঙনু শাফবী। মালেম-লৈমায়-থক্তা রাম্বহনা তাথরে।

---

# নোংদম চীনগোইরকপা

নূরা লিকশঙহু শাফবীনা মালেম লৈমায়-থক্তা শল্লাং ঈফা-ফানা রাম্বারিবৈদা ; নূরা মাগী খোমলেল-মঙ্‌লালগুম্না মশাবী পাফন লিলহা-নিংথৌ পাখংবনা রা হায়রকই ; "হে-ঈশানৌ ঈবেম্মা ! রারুগনো ? নপারী অদো ঈশানৌ নহাকনা খুয়োল্‌ রাখোঙ্‌ শেংবগী মশাই কোন্দা লোইদাম থাবুম অহম নাও-য়োক্‌লেদো । নশাবী ঐনা থূমল্‌ মপুঙ্‌ য়ায়দা পারী ঈচাবু চহি-কুমজা তরাক নাওকোলগে, ঈশানৌ ঈবেম্মা লিকশঙহু শাফবী ! রারুগনো । নপারী কোনদে নওরা তনৌবা অশীনা চহি কুবজা নীপান হেক্‌ শুরকপদা ঐরা কোহুং মনত্রে মপুঙ্‌ য়ায়দা নিংথৌ ওইগনিয়ে । মতম অহুদা পারী নচাগা উন্নগনি রারুরগনো — ঈবেম্মা ।" অসুম হায়না খোইয়ুম পাখংবনা মশানৌ লিকশঙহুদা রাহোমলকলবদা । নূরা লিকশঙহু শাফবীগু থূমল্‌-বগুমনা মঙ্‌-ফাওননা মীংকপ থোক্‌লকপদদি — মশাবী লিলহা পাফন নিংথৌদি লৈরম্লদরে ! মতম অহুমতুদা রুকগে নিংথৌগী

লাল্মী অপুম্বনা মপারী অঙাং নাওরাবু ফাবা ঙমজবদা পল্লেম মমা লিকশঙসু শাফবীবু ফাহুনা য়ারৌ শাগুম্না মঙকশমদা তাওবা হয়গঙ, থাংহনা য়াংলৌ লমশাংদা তমথীরবা লাম্মীশিং অহনা চিংহনা ইন্দুনা পুয়ল্লগা কেগে মপু নিংথৌদা কৎলরে। কোরৌ অহগী নোংজাদা কেগে নিংথৌ লাইমুতেং পুম্সিবনা অশাও থাম্বী মৈহৌনা সনা মীৎয়েং তায়কই; "নিংথৌ ঐনা নাওরা অঙাং মাবু য়াইবী মথয়ায় মুথৎলু হায়রগা, কোনদে নাওরা তনৌবা ওইরিবা অঙাংনা থাদোকখ্রগা; পল্লেম মমাবুনা ফারকপা কৈদৌনবি। নিংথৌ ঐগী পায়মা পীবুক-নুংদা নীঙথিবা রারম অপুম্বা লোইনা কায়রেদো" অসী হায়না রাহোমূলক্লে। "নুরা লিকশঙসু শাফবীগী মঙক্তা থাংলিবা তাওবা হয়গঙবু লৌথোকউ। মপারী ফংঙ্রিবা ফাউবা পল্লেম মমাবু নিংথৌ ঐগী কৈশুম শঙদা লেঙদনা থম্মু" হায়না মপু সনা নোংদম্লক্লবদা নিংথৌগী মনাইশিংনা নুরা লিকশঙসু শাফবীবু পুল্লম্বা অপুম্বা লৌথোক্লুনা কৈশুম শঙদা পুশিন্দুনা থমখিয়ে।

কৈশুম শঙ মনুঙদা পল্লেম মমা লিকশঙসু শাফবীনা ঙাওঙমজবা কোনদে নাওরা তনৌবা মপারীবু কৌর কৌরহনা তেংথারকই—

"পারী ইবুঙেঙো সনা য়াইরংচান!
পল্লেম নমা ঐগী
তাজীন কৈরা থক্তা
ইমাগা থোম্নাং মায়য়োক্লরবু

পান্নী নাওৱা মাহাক্তি
লমদম কৈদা চৎথ্রবনো?
পম্বৌনা নাওকোনদৱবা লমজানিনা
পান্নীগী খোঙ্নুন লৌবীনিংঙাই
নশাবী কনা লৈত্তেদো ।
পল্লেম নমা লায়রবী
লাইবক্ থীরবী নমাদি !
ফুমগী মতম ওইবনা
লোইবী চীঙ্জাউ অশোঙ্বদা
খাম্বী মৈহৌ তোয়না
মৈচাক্ কমা চারুবদা
য়াম্নৌ শক্তি লাবা
পায়মা লৌশিং চাউবা
শাম্বা পাঙ্গলবা মথৈনা
খাম্বী মৈমাঙ্ থৎতুনা
মথয়ায় হিংনবা চেনখিদো !
মীয়োললিবী য়াম্নৌ চাদি
খোঙ্থাঙ্ পাঙ্গল্ লৈত্রবদা
অশাবা খাম্বী মৈরক্তা
য়াইবী থয়ায় খানীংদবনা
কায়ন্ কৈনা চোংজছনা
খাঙ্জরিবী য়াম্নৌ চাওম

মপোক্ লাইবক্ থীরবী
পল্লেম নমা ঐহাক্তি
মপু কেগে নিংথৌগী
য়াথংনা থাম্বী মৈ-ওইদূনা

থাম্বী মৈরক্তা থাঙজবা
ঈপাই চাউবী য়ারোংগুম্
পল্লেম নমানা থাঙ্লিবসে
ঈমাগী ইবুঙেঙা সনা য়াইরংচান !
ঈমানা করম্বা মতমদা
নোংদম্বা মপুগী থৌজান্দগী
পারীবু করম্বা কোরোম্দা
ঈমাগী ঈতম্পাক্তা পম্গবা।
পারীগী লম্মল শিংলগবা ?"

মপারী সনা য়াইরংচানবু খুৎলাম তোয়না কৌহুনা তেংথা-নাও-রোইনরম্লগা ঈপাই কোক্ ঈ কদূনা মালেম্ লৈমায়-থক্তা হায়থহুনা তাথরে।

# কৈশুম শঙ্দা

খোইয়ুম পাফন লিলহা নিংথৌ মশাবীনা-মশানৌ লিক-শঙনু শাফবীগী থোইনা অরাবা মতৌবু উবীরদুনা মশানৌ নূরা মাগী শমু মনাক্তা নোংলৈ হুংশিং ওইনা কেগে নিংথৌগী কৈশুম শঙ্দা য়া'গোইরক্লে। মশাবী খোইয়ুম পাখংবনা মশানৌগী অরাববু কোক্পীগে হায়রদুনা নূরা মনেম মচাগী শমু মথূৎক্লেংবু পায়রগা পাওথেন্নকুই; "হে—ঈশানৌ! করীগীদমক্তা পায়মা হরুবু রারুরি? থাজনা মঙাল ফনা ফশনু য়েত্তুম মনা লেংবা উরোইকো। ইশানৌ। কোরৌ মঙাল হুমিৎপু লৈচিননা ফনা থানা নোংফেন্নহুনস্থু য়েত্তুম মনা লেংবা মউইদো। লোইবী চাঙ্জাউ অশোঙ্বা, থাম্বী মৈনা চাক্শনু; থাম্বী মৈনা চাক্তুনস্থু লোইবী ময়েং তারোইকো! ইশানৌ নঙ্গীদমক্তা নশাবী পাফন লিলহা নিংথৌ ঐ-লৈ থোইনা করী রাগনো। ইশানৌ-ও! নশাবী ঐনা নপারীগীদমক্তা কোঙ্য়াঙ্ মতা ফবদো: কৈদৌ-দরি হায়বা খঙ্উকো। রারুগদুকো নূরা ঈবেম্মা লিকশঙনু শাফবী" হায়দুনা শমু মশাদা নানবীরম্লে। অতু নোংদগী মশানৌ লিকশঙনু শাফবী! মশাবী পাফল্ লিলহা নিংথৌগী থৌজাল্ নোংদমখোলবু খোম্লেল্ মঙ্লাল্ চানগুম্না মঙ্ফাউনরদুনা হায়রম্বা রারম্বু, নূরা মানা পায়মা হুংদা খন্দুনা অঙাওবীগী পান্দমৃগুম্ মশন মনা ঈকা-ফানা তু মীন্না কৈশুম শঙ্গী মহুংদা রানা থাঙ্না। লেন্দুনা লৈখি।

কেগে নিংথৌনা মনাইশিংদা হায়রকই—"নিংথৌ ঐগী থৌরম্ব কায়হনবদি খুয়োল্ রায়খাঙ্ শেংবনা পূমনমক্ অসি থোক্হন্-বনি। খুয়োল্ মাবু মরাল্-য়াইদগী ফারু-ও!" হায়দনা মপু সনা য়াথং পীরক্লে। কেগে নিংথৌগী মনাই খোঙ্লোয়-শিংনা খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংববু মল্লাল্-য়ায়দগী ফাদূনা সনা কোন্থুংদা পুখৎলক্তুনা কেগে নিংথৌগী সনা মাঙ্দা পুশিল্লক্লে। মতম অতুদা খুয়োলবু য়েংতুনা কেগে নিংথৌনা রাহোম্লক্লে। "হে ঈপু খুয়োল! নহাক্না নিংথৌ ঐগী লোয়রঙ্ শীঙ্খোঙ্ ওইর-বনিনা ঈপুদি (=ঈদি) ঙসি ঙবোং থাউদা হাপতুনা লেমলৈ ঙামি থেমনদূনা অঙাং ওনবা তারেদো।"

কেগে নিংথৌ লাইমুতেং পুন্সিবগী রাফম অসিবু খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবনা তারগা পাওখুম্লক্লে; "হে-কেগে নিংথৌ মপূরেল্ল-ও! নিংথৌ নহাক্কী নকাদগু কোরৌ নোংমতবু তেমশীঙ্নখিদ্রি। খুয়োল্ ঐনা লৈপাক্ নিংথৌ শেমগে হায়দনা পায়মা পুক্নীঙদা থক্ নীঙখিদরি। হে ঈনীংথোও! মীগী মীরা-মপাউবু চান্ন-ক্লবনা ফত্ত-রাখলবু থন্দুনা ঈমোম ঈবেম্মা মমা-মচাবু য়াইবী মুৎকে থৌরাংবদা, চীঙগু মাগী নোংদম্না কনখিবনা খুয়োল্ ঐবু পারী ঈশুগী মীরেল্ মীহুৎ শিন্দুনা অহল্তু ওইরবা শিগদবস্থু ঈথুৎনা ঈমং লাম্বা কংলবা অদুম্নদি ওইরগা, নিংথৌ নহাক্কীদা নত্তনা লৈপাক্ মীয়ামগী অমাঙ্বনি। খুয়োল্ ঐনা য়াইবী মাঙ্ লবদা, খুয়োল্ ঐদি থোইদোক্কে! কেগে নিংথৌনা খুয়োল্

রাখোঙ্ শেংবগী রাহৈব্ তারবদা, "হে-ঈপু! করি হায়বা? নিংথৌ ঐহাক্কীদা নত্তনা লৈপাক্ মীয়ামগী অমাঙ্বনি হায়বদি করি মরম লৈবনো? রাগী রাখোঙ্ শেংনা পাত্তদম্মু ঈপু।" অসী হায়না হংলক্লবদা।

খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবনা রাহোয়ক্লে; "হে কেগে নিংথৌ মপুরেল্। নপুক্নীঙ্ চঙ্না তাবী-ও; 'খুয়োল্ ঐ নত্তনা তুবী-তেশা রাখোঙ্ শেংবীনবা কনা লৈত্তদো, কেগেদা তেশা রাখোঙ্বু খুয়োল্ ঐনা শেংলগা কেগে লৈপাক্তা চাক্হোং-ভাহোঙই, কাওরেল্ ষণ মরাই তাদনা নমু তাইবঙ্শিং মরাই তাদনবা খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবাঐনা তেশ রাখোঙ্বু শেংজ্জনা লৈজবা ননাই খুয়োল্নি। কেগে নিংথৌ মপূরেন্না খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবা ঐবু সনা নাক্তা থম্লিংদ্রবনিনা, খুয়োল্ ঐবু রাম্না থুনমক্ অহল্ ওইরবা, ঐগী রাহৈবী অসি রাম্না থুনা মূৎহল্লো থীল্লগনো। হায়দনা রাহোয়ক্লবদা খুয়োল্ মাগী মরা তাবদা, লৈপাক্ মী-য়ামস্থু মরাই তাঙ্জ লুকথহনা তুমীন-তূমিন্না লৈনরক্লে। মতম অসীদা কেগে নিংথৌনা সনা পুক্নীঙ্দা ওহাক্ রাখল্ তৌরুরগা খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবদা ঈকায় মায় ফিরক খুমনা রাহোয়ক্লে; "হে-ঈপু! শাওরগনো; ঐনা ঈপুবু নৎতা রাহৈ কয়া হায়থিবা অপুন্বা ঈপুনা খোয়খা-লিনথা থাবীগনো। নিংথৌ ঐগী পায়মা হুংদা নৎতা রাখলবু খল্লুরে; অহ নোংদগী লালখিবা রাহৈ পুন্নকপু কোকপী-ও" অসী হায়না হায়জরবদা, খুয়োল্ রাখোঙ্ শেংবস্থু হোয়য়াবীরে।

# মপারী নাওয়োক্‌খিবা

নোংয়াই খূমল্ লৈপাক্‌লোম্‌দা আরোঙ্ শঙ্গোই তাবীনা মথংলেল শঙ্গোই তাবদা চীন্‌গোই হ্রাহোম্লক্‌লে; "হে ঈশাবী! নঙ্‌গা ঐগা ঈমোম ফূঈদে ঈপারী অমত্তা শাংত্তে হায়দনা খোইয়ূম্ লাই নিংজবদগী চীঙঙ্ থৌজালখোলনা কোরৌ ঙসিদি ঈপারী অমা নৌনা ফংজরে" হায়না পাওদমজরবদা। মশাবী-মশানৌ অনীনক্না পায়মা পুক্নীঙ মরাঙ্ হৌনা হুংঙাইজবনা লৈকায় খোম্‌নৌবীশিংদা তোয়না, কোয়না চৎল-চৎলহুনা খোম্লাং ইল্লক্‌লে। অদু নোংদগী আরোঙ্ শঙ্‌গোয় তাবীশু খোম্‌লাং ঈনৌ কারে। অসূম্না কোনদে নাওরা তনৌবা মপারীবু চাওনবা নাওয়োক্‌লকপদা কুমশীং তরক্ শুজিল্লক্‌লে। কোরৌ নোংমা হুমিং অমদি শঙ্গোয় তাবগী যণশেল লেং লাল্‌লূপ্ থোক্‌লে। কোরৌ হুমিং অদো পন্থৌ মপা মচানা যন্থালোইদগী কাওরেল্ যণশিং লৌরে। আরোঙ্ শঙ্গোয় তাবনা— "পারী ঈবুঙঙা সনা য়াইরংচান্দ! পারী নঙ্‌না লোইবী চীঙ্‌দূম অকোক্‌পা অসিগী মথক্‌তা যণশিং অসি য়েংলম্‌-ও; পন্থৌনা পারী নহাক্কী তারা চাক্ লৌরুখিগে" হায়রম্‌লগা, শঙ্গোয়তাবনা মপারী কোনদে তনৌববু তুং হন্না-হন্না য়েংলমলগা, মরাল্‌য়ায়দা লাক্‌লে মপারীনা যণ শেনফমগা মরাল-য়ুমগদি থোইনা থাপনদে; মপারী সনা য়াইরংচান্দী লোইবী চীঙ্‌দূম অদুগী মথক্‌তুদা কাওরেল্ যণশিং য়েংহনা লৈহৌরে।

---

# অঙাং ফা থবা

চহি কুমঙ্গা কয়ামরুম হোথরে, ঔরা প্রান্নাসি মানবলে( — মানদে) কোন্থুংবা মীরমবা কনা নিংথৌ ওইহনা পানবা ঙমখিদরে। লৈপাক্ অসীগী মীয়াম অপূম্বা রানা, হাইনা লৈনরে মরমদি নিংথৌগী লৈমবু লাইরেল্! নাঁগা নিংথৌ কোবা লাই অসীনা লোহ্নুা লৈপাক্ মীয়াম অসীবু ওৎ-নৈবা অমদি মীশিংবু হাৎচিল্লকপদা লৈপাক্ মীয়াম অপূম্বা অরাবা তারহ্নুা লৈনরক্লে। ঔরা লৈপাক্ অসীদা নিংথৌ হেক্ ওইহনা ফম্বাল কাবা হুমিৎ অদূমক্তদা-লাইরেল নাঁগা নিংথৌনা লৈপাক্ অহুগী নিংথৌ ওইরিবা অদো থূদক্তা য়াইবী মথরায় হেক্তা লোই। মরম অহুদগী ঔরা লৈপাক্ অসীদা নিংথৌ পানবা অমত্তা ঙমলকত্রবদা, লৈপাক্ মীয়াম তিন্না রা-তাননরক্লে, — "ঐখোয়গী নিংথৌ অসীদি চীঙঙ্ খোইয়ুম লাইগী মচা-মশু নত্তনা তাইবঙ্ কনানদি অমত্তা পানবা ঙমলোই। ঐখোয়গী লৈপাকসিগী শামূ য়াইশা তাইবঙ্ মীরোল খঙলবা, মীরোল য়ামলবা লূরাঙবা লাংগোই শামূ য়াইশাবু নিংথৌ থিহন-নবা হায়দনা থাদোক্লে"। লাংগোই শাদি লমকেংপা। মীরোল্ কয়া হুংশাংনা পানফবা, মীরোল খঙলবা শামূ য়াইশানি। পোইরৈ সনা লৈবাক্ অসিগী মহা মরূরোমদা লাকপনা, মুবী ঈতমথোঙ লালথোরক্লে; য়াম্বী থোঙ য়োরক্লে।

খোক্ উ-পোকপী নোংচুবী চীঙগোল, ভালবা চীঙচেপ য়ৌ-শিল্লকপদা লোইবী চীঙগী চীঙথক্তা অঙাং নাওরা ওইরিবা অহ্নুা

ক্ষমদেঙ্ ঙ্গনা লৈরিববু শামু অহুনা য়েংথোকলকপদা অঙাং নাওরা অহুবু পাফল লিলহা নিংথৌগুমনা উরদূনা, নাওরা সনা য়াইরংচান অহুগী নাক্তা তত্তনা লাংগোয় শামুনা অপনবা, অরেপ্পা লৈতনা চঙ্ শিললকপনা নাওরা অদূগী নাক্তা থুংলরবদা, লাংগোয় লূরাঙ্ বনা নীঙ্ থৌনা ঙৌনা চাও-শাংলবা য়ামাঙ্ অনীনা মালেম লৈদা থিংজিনহুনা তত্তনা শীম্বরকপা মমীৎ মীৎলূ অনীমক্তুগী শীরাংবু চেম্বনা কপ্তনা মনাতোন্দূনা কোরৌ থক্তা হাইগৎনা কোনথৎলক্তুনা শয়াঙথক্তা নাওরা সনা য়াইরংচানবু কোন্দুনা থাংগৎলগা মানদলে মপুঙ য়ায়দা অঙাংবু পুখিয়ে। মানদলে লৈপাক্কী মীয়ামশিংনা শামু য়াইশা লূরাঙ্ববু লমদম তামনা, লাপনা লাকপবু উনরক্লে।

লূরাঙবগী শয়াঙ্থক্তা নাওরা অঙাং ওইরিবা অমবু উনরকলবদা; লৈপাক্ মীয়াম পুম্বনা হরাউ ওমখৈ লৈতনা নিংথৌবু লম ওক্লে! পুং-শেল্ পেরে ( = শিংকা ), মৈক্ষাক্ পুং, পেননা,

---

পুমল্ লৈপাকতা অয়োঙ্ শঙ্গোই তাবনা মপারি সনা য়াইরংচাননা অঙাং নাওরা ওইরিঙৈ মতমদা। পঙ্খৌ-মপারি অনিনা লৈকাই যথশেনলেং থোক্পদা; যথশেনখিবা মফম অহুবু লমলেন ঈথায় ( = ঈথায় ) চীঙ্-হায়নৈ চীঙ্ অসিগী অরাংদা পুমলেন পাৎনা ঈপাল থাদা লাইজা। ঈখিংনা মীংশেনগুম্না ঙাদথোইরি। ঈকং থাদনা কমবোং মননানা পোপতেক লৈনা অশংবা চরৈফাগেৎ মচুওমনা নিংথৌবা অমা ওইরিবা পুমলেন পাৎনি। পাৎকী নোংপোক্ চিদাই ওইরম্না ; চীঙ্কুম মচা অসিগী মথকুতা কোয়ৌ মঙম থরা অঙাংনা ফমহুনা যথশেলমই হায়বগীদমক্তা চীঙ্কুম মচা অহুবু অঙাংচীঙ্ ( = লোয়রোয়চীঙ্ ) হায়না পোইরৈ চানা তেংথনা লৈশকুনৈ।

শেনবু',মোইবুং তারী(=বাঁশি), তাওদরী, হায়রিবা মখোল্ খোঙ্খাং হুংশি-হুংশিরবা খোলজেল্ কয়ামরুম অসীনা খোংল খোংলহুনা লৈপাক্ মীয়ামনা ওক্লে। মাঙদা ফিরাল্ পায়বা চৎলে; ফিরালগী মতুংদা থাঙ্ পায়বা চৎলে; থাঙ্গী মতুঙ্দা তাগা, চুমগা লোয়ননা পায়রগা চৎলে! অমুগী মতুংদা রায়রা তেন পায়বা কাঙ্লুপ অমা চৎলে। খ্বায়দগী মতুঙ দা "সনা য়াইরং-চাননা লাংগোই শামু য়াইশাগী শয়াঙ্থক্তা তোংদূনা চৎলে। শামুগী তুংদা তিমেল তা পায়বা কাংলূপ অমস্তু চৎলে! খোইয়ুম লাইগী মতীক্ ময়ায় চংলবা "সনা য়াইরংচাননা" লাংগোয় লূরাঙ্বা শাগী শায়াঙ্ থক্তা তোংহুনা লাকপদি লাই লৈপাক্তা লাইয়িংথৌ সরারেলনা লাইগী তেংগোল্ পুহনা লাংগোই শামু অঙৌবদা তোংখৎলহুনা চৎপগুম্না নীঙথিরে। মানদলে কোঙ্গুং চঙ্লে * ফম্বাল্ * মেন্দা অঙাং নাওরা অদুবু থাংংকলে। লৈপাক্ মীয়ামনা হরাউনবনা নীল লাওবদা, 'লাইরেল নঁাগা নিংথৌনা" তারদূনা অশুম লৈবনা য়োয়মযায় মালেম অঙালবস্তু মরালয়ায়দা চঙ্থিয়ে। নমু তাইবঙ্ মীয়ামনা নীল-খোং লাউবা, হরাউ মথোয় কাববু লাইরেল নঁাগা নিংথৌনা মপুক্লীঙ্দা অশাউ থাম্বী মৈহৌনা কজক্ হৌনা শাওরদুনা ; ঙসি কোরৌগী ঈ-নুঙ্ য়ায়দা নমু তাইবঙ অসী য়াইবী লোগে" হায়না; ঙাইরক্লবদা ইনুঙ্ ঈচিক্ হুমলকলে! মতম অসীদা লাইরেল নঁাগা নিংথৌনা

---

* ফম্বাল — [ সিংহাসন ] নিংথৌওইবা মতমদা ফমবা তাংবল থক্ অমবু।
* মেন = শুরুংবু কৌই, কংলা শুরুং মথক্তা ফমবম্ব ফম্বাল মেন তোংবা হায়রি।

অশাউবনা ময়াদা মৈগী মৈরী কামথোরক্কুনা ঔরা কোম্নুং মম্নুংদা চঙলক্লে। ঙংহনা চঙশিনকপদা অগাং নাওরা ওইরিবা সনা য়াইরংচানদি থোইনা অকী-তুজুং পক্না ওইহনা থক্-থক্ নীক্লা লৈরক্লে। অহুগী নোংদা "থোইয়ুম পাফন লিনহা নিংথৌনা কোরৌ নোংদোল্ থক্কগী মপারী সনা য়াইরংচান্দা নোংদম থোলবু রাহোমলকলে; "হে-পারী ঈবুঙো!" পন্থোনা পীবীরম্বা কোঙ্য়াঙ্ চৈশু অহনা লাইরেল নাঁগা নিংথৌগী য়াইবী থরায় লৌরো" অস্নুম হায়খৈদা; চীঙঙ্ পন্থোগী চীনগোয় মপাও নোংদমথোলবু ফংলবদা, কোঙ্য়াঙ্ চৈশু অহনা ফুদূনা লাইরেল নাঁগা নিংথৌ * নোংমললে। থোঁদোক অহু নোংদগী নাঁগা নিংথৌ লাইরেনবু য়াইবী মথরায় লৌরবদা; ঔরা লৈপাক্কী মীয়াম মথৈনা সনা য়াইরংচানবু "চীঙঙ্, থোইয়ুম লাইগী মশাই-ওলনি! ঐথোয় ঔরা লৈপাক্কী অরাববু কোকপীগে হায়দনা লাকপিরবনী" ঔরা লৈপাক্ মীয়ামনা অঙাং নাওরা ওইরিবা সনা য়াইরংচানবু—"থোইয়ুম লাইনা নিংথৌ ওইবীহনা ঐথোয়গী ঔরা লৈপাক্ অসীদা লৈরিবা মীয়াম অপুম্ববু লাংগোলবীরবনী" হায়না নিংথৌবু কিনা-লূনা মরু লূকনা নীঙ্নখিয়ে।

---

* নোংমললে = শিরে, য়াইবী থরাই মুৎলে।

# মপারী নাক্তা লৈরবা

নোংয়াই খুমল্ লৈপাক্ লোমদগী আরোং শঙ্গোয় তাবগা; মশানৌ শঙ্গোয় তাবীগা, মশাবী-মশানৌ অনীমক্তা মপারীগী তরা চাকয়োম পুরগা অথাংনা থনম্বা চীঙদূমদূ তাননা লাকপদা, মপারী থনম্ববু লৈরমদরে। অদু নোংদা আরোঙ্ শঙ্গোই তাবনা শঞ্জেন নহাশিংদা মপারীবু হংলকপদা; শঞ্জেন নহা মখোয়শিংনা পাওথুমলকলে; "হে—পন্থো! নপারীদি লাংগোই শামু অমনা লাক্লুনা, শামুনা নপারীবু ফাদুনা শয়াঙ্ থক্তা থাংগৎলগা থারম পাংনা পুখিয়ে" হায়ৈদা। আরোঙ্ শঙ্গোয় তাবনা মপারী কায়না মৈচাকনা, পায়মা পুক্লিঙ্ শোকনা মৈহৌনা, মীৎলূ অনীমক্তা তরং লাইজ ঈহৌনা নোংলেন্ খোংবগুম মীকপ্লক্লুনা চীঙঙূ খোইয়ুব নোংদম্ববু কৌরহুনা রাহোম্লকলে; "হে—চীঙঙূ নোংদম্বা! খোইয়ুম নহাক্না নোংদম্বীবা পারী ঈচাবু লামদম কৈদা চৎখ্রবনো?" পারী ঈচাবু নাওপুদে হায়না পায়মা খোয়জ্জি থাদা মিৎকুপ্ অমতা থনজদে। পারী ঈবুঙৌবা নহাক্পু তরা পিপুক্ লাম্লমলগনি খললুবনা নপা ঐনা পারী নহাক্পু খোঙ্কাপ্ নাহুই থরদঙ্ তামলুরে" অসী হায়দনা আরোঙ্ শঙ্গোয় তাবগা মশানৌগা লোয়ননা কপ্লকপ্লহুনা লাংগোই শামুগী খোঙ্গুনবু লীরকলে; শোঙ্লবা উমং-রামং কয়া-কয়া থুদোং থীরবা চীঙ্গী লোকচপ্ কয়াশিংবু অকীতুজুংনবগী মশক্

ওইরবাও তুরেল্ লূখ্যায় কয়াগী ঈচেন্ ঈরাউ-খোলনা অকীবগী মশক্ ওইনা মাঙদা থৎলি। মচা কায়নবগী অরা-সুংশি মৈচাকনা অঙাওবা-অঙাওবীগী মতৌগুমলবা মশম্ শমলাং ঈফা ফানা মশাবী-মশানৌ অনীমকনা মপারী নাওরা অহুগী তত্তনা মার খোঙগুন্ লীরকলি অসূমনা মথঙ্-মথঙ্ থিরকপনা কোরৌ শীংবুম কয়ানি চল্লকলবদা, ঔরা কোন্নুং মানদলে মপুঙ্য়ায়দা য়ৌদনা কোন্নুংগী খোঙ্শংবদা রাহোমলকলে, "হে—ঔরা নিংথৌগী মনাই অঙস্বাখোয়! নখোয়না লৈপাক্কী নিংথৌদা রা হায়বী ও; নোংয়াই খূমল্ লৈপাক্কী নিংথৌদা রা হায়বী ও, নোংয়াই খূমল্ লৈপাক্কগী নিংথৌ নহাক্কী পস্থৌ পংল্লেম অনীবু লাকই। সনা কোন্নুং মন্নুংদা চঙ্লকপা য়াগদ্রা হায়না রাহোমবীও।" অসী হায়রবদা; ঔরা নিংথৌগী সনা মমাঙ্দা চীনগোয় প্যাওদমলুরবদা; মনাইশিংনা অহল্ অনীবু পুশিনখিহুনা মপারী সনা য়াইরং-চানবু উনরে। অহু নোংদা আরোং শঙগোই তাবীনা পারী মচাবু চেক্সেংননা মথা-সুংদা কোনজহনা, পমহুনা চুপ্চখিয়ে।

নিংথৌ সনা য়াইরংচাননা পস্থৌ-পল্লেম অনীবু ঔরাগী কোন্নুং মন্নুংদা সুংগাই য়াইবী মরা তপ্না নীঙ্থীনা থমখি। পস্থৌ পল্লেম অনীদা মপারী সনা য়াইরং চাননা রাহোমলকলে; "হে—পস্থৌ অপোক্পা পল্লেমগা, পস্থৌগনবু মতৌ করম্না নপারী ঐবু ম্যার খোঙ্গুন লীবীরকপনো?" হায়রকলবদা।

পন্থৌনা পাওখুমলকলে; "হে— পারী নহাক্পু লাংগোই শামুগী খোঙ্‌গুন লীহ্নুনা লাক্পনা য়াংদৌ লম্বী চৎপা অচৎ-অওক্শিংদগী পাওফংহ্নুনা মফম অসীদা পারী ট্টনরিবা অসীনি ইবুংঙো" মতুঙ্‌দা ঔরা লৈপাক্ মীয়ামশিংনা অরোঙ্ শঙ্গোই তাবীবু "নিংথৌ পোকপী পল্লেম মমানি" হায়না লুনা-চান্না ঈকাই খুমননা তৌখি। সনা য়াইরংচাননা ঔরা লৈপাক্কী নিংথৌ ওইহ্নুনা মাগী পল্লেম পন্থৌবু মপারীগী নাক্তা অরা মৈশা লাংদনা হুংঙাই য়াইবী মরা তপ্‌না লৈমিননখিএ।

লিকশঙনু শাফবীবু থাদোকলকপা, কেগে নিংথৌ লাইমুতেং পুন্সিবনা — "ঔরা লৈপাক্তা সনা য়াইরংচাননা নিংথৌ ওইহ্নুনা পানঙম্বা অসীবু তারবলবদা, মপারী অসীনা কেগে মপুংয়ায়দা মাবু পোক্পী পল্লেম ফাজিন্দুনা থমবগী রারমবু হংলক্পা য়াই, অঙাংনা নাওরা ওইরিঙৈদগী পল্লেমবু কায়নবগী মৈগাক্লা হুয়েল্ লাল্ তারকপা য়াই। মপারী অহ্নুনা পল্লেম মমা কায়নবগী মৈচাক্লা মরম ওইহ্নুনা হুয়েল্ লাল্ তারকলবদি লৈপাক্ মীয়াম মাঙ্‌নিংঙাই ওইগনিয়ে" হায়দনা, কেগে নিংথৌনা অরাবনা মীপাইরহ্নুনা! লিকশঙনু শাফবীবু কৈশুম শঙ্‌দগী থাদোক্লক্লে। নুরা লিকশঙনু শাফবীবু কেগে লালমী অমনা লমলেন ঈথায় ভুরেল্ ঈরালথোক্পীরক্ত্‌না ( = ভুরেল্ অচোবা ) খুমল্ লমদমলোমদা মপারীনা ঔরা লৈপাক্কী নিংথৌ ওইখিবগী মরমবু রারী তাক্পীদ্নুনা থম্বীরমলে। নুরা লীকশঙনু শাফবীনা

মকম অতদগী মাগীনি হায়দনা হন্না য়েংখিবদা কনা অমত্তা উম্রবদা; অহু নোংদগী মপারীবু খোঙ গুন্ লীরক্লে। মপারী কায়না মৈচাকনা অরা রাখল্ মৈশা লাংখিবনা শমু হকচাং অহু চাদ-থক্লকতবনা য়ামপক্ শানা কংশলথরে! মশম শমলাং অহুনা ঈফা-ফানা অম্ভাওবীগী পান্দমগুমনা য়াংদো লমশাঙবু তত্তনা চৎলকপদা; হুপী চানগা ওইবনে, অরা ছুইশোম লাংবনা নুরা মরোমদোম ওইজরবী। মাগীনি হায়দনা হন্না য়েংবদা মীরমবা কনা অমত্তা মাঙ-তুং উখিদরে। লমহাঙ-লমজাও কয়া লমশাং চৎলকপদা কোরৌ নোংমদোল্ থকী কোরৌ মৈশানা কনবনে, চাদ-থকলকতবগীবু রাবনে; নারক-মোংশোং মরক্তা চৎপদা তুমনৌ তুমবৌনদি য়ুবগী, নুরাগী শমু খোঙ-শা তনৌববু * ঈমু পানফেননরেদো। থোহু হুঙ-জেং হুঙ-গায়-লক্তা তত্তনা শমু খোঙ-থাংলকপা ঙমলক্তরে। "মপারী কায়নববু অমুক্ উজগনি, ফংখিগনি খনজরুবা রাখলনা মপারী খোংগুনবু লীজবা ফংলোইদৌরবরা?" হাংনা নুরা মাগী পীবুকনুংবু মীপায়না নীঙ-লক্লে। লোইবী চীঙ-লোল্ মাপন্ ঙববু লালথোকপা ঙমদনা; "নুজা ওইবী ঐবু থাঙ্ঙ-থক্তা পারী কোনদে তনৌবা নহাকপু শক্উবা ফংবনা পল্লেম নমা ঐগী য়াইবী মুৎপা তারবরা?" হায়দনা অশুমনা পল্লেম লিকশঙমু শাকবীনা। পায়মা থম্মোয় লকাপ্নুংদা মণ্ডল-মণ্ডল রা-থল্লকলে।

---

* ঈমু পানফেমনরেদো = ঈ থোকলে, ঈনা পুংঙাং ঙাংলে।

পল্লেম লিকশঙহু শাকবী য়াংদৌ লমশাং চৎলকপগী রামন-থিবনা পামেল্ উজাও অমগী উথাদা ঙহাক্ পূংগোয় অরা-পোথাহনা লৈরিঙৈদা চাওরবা পামেল্ তেরা পান্বী অরাঙ্বা অমাগী ফৈরাথক্তা ( = উগী মশা থক্তা ) চেক্লা কায়দোঙহনা চেক্লা মপী-মচানা চীললোকনববু উক্লরগা, নূরা লিকশঙহু শাকবীদি-মপারী নৌনা কায়না মৈচাক্লা অথোয় অথোয়নহন্নম রাথরে। লম থুন্থ মপী-মচাবু য়েংলগা, নূরা লিকশঙহু শাকবীনা আন্না মৈশালাংনা তেংথা-নাওইনরকই —

"চীঙ্গী থুন্থ লম-লৈমা,
লমগী থুন্থ মৈপুঙ্বা
চেক্লা লৈচে্রং থারীকপী !
থূমল্গী তেরা উফৈদা
নপারী নমোম শাৎলেদো;
পারী চিল্লোক্ নরেদো !
চেক্লা শাগল্ তূফাঙ্-য়ৈ,
শাথপ্ তোয়না পাইহনা
মালেম চিথেক্ মরীদা
চেক্লা কোয়না চাক্তারুরগা
নপারী নমোম অনীগী
তরা চীনচাক্ পুরগা
থূমল্গী তেরা উফৈদা
চেক্লা তম্না হল্লক্ত্না

পামেনগী কৈরা থক্তা
নপারী নমোম অনীবু,
শেৎনা কায়না লৈতনা
নমোম চীন্দীন-নরেদো।
লাইবক থীবী ঐহাক্তি
ঈপারী কায়না মৈচাকনা
অরা মৈশা লাংলেদো ।
চীঙ্‌গী খুন্নু লমলৈমা,
লমগী খুন্নু মৈপুঙ্‌বী,
চেক্লা লৈচ্রেং থারীকপী !
হা চেক্লা নহাক্তি
খূমল্‌গী তেরা উফৈদা
অরা হুইশোম লাংদনা
নপারী নমোম অনীবু
থীক্‌লেল্‌ থাদা নাওকোন্দুনা
কাংদোঙ্‌ মপুঙ্‌ ফানবা
নপারী নমোম অনীবু
নাওয়োক্‌ নাওকোল্‌ তমলিদো ।
লাইবক্‌ থীরবী ঐহাক্তি
পারী কায়না মৈচাকনা
অরা মৈশা লাংলিদো ঃ
হা চেক্লা নহাক্তি,

নূরা ঐগী অরাববু
চেক্লা নহাক্লা খঙ্লিরোই,
চীঙ্গী খুনু লমলৈমা।"

অম্নুমা শৈথারবা মতুঙ্দা নূরা লিকশঙনু শাফবীনা শোঙলবা উমং মন্নুংদা তমথীরবা শাহিং চাবা পামবা কৈগী মখেনা মশক্তি থক্-উদা লাক্না লাক্না, খেক্লা খেক্লা-খোংলকলে। কোরোহনবা অঙালবনা মালেম শীন্ন-থুংনা ঙাসলিঙৈদি নূরা পুক্লীঙ্ চাওরম্মী। কোরো মানা অমম্ মরাল্ চঙ্থ্রবদা— শোঙ্লবা উমংগী মনুঙ্দা মীচিক্-মীরাউখোলশু তাবা ফংখি-দরে। নূরা মানা খর অমুক্ চৎলগা চাওরবা পামেল্ উক্লাও অমগী মখোঙদা ঙহাক্ রাথল্ তোনা ফমন্থনা লৈরিঙৈদা; চেক্লা-চা অমনা লমদম তামনা খোংলক্পগী য়াল্লা খোঞ্জেন তাবদা, নূরা লিকশঙনু শাফবীনা লোইবী চীঙ্নুঙ্দা মপারীগী মার খোঙগুল লীরকপবু চেক্লা মাগী তাম-না খোংলকপা খোম্থাংনা নুক্লা মাগী নাপ্পদা তত্তনা য়ৈররে। নূরা মাগী শমু খোঙ্দগীনা লুতোল্ ফাউবা চপ্ মান্ননা তুজুংলে!· মীচিক-মীখোলশু তাদ্রবা শোঙ্লবা উমং অমগী মন্নুঙ্গা ওইবনে; নূরা মাগী অরাবগী মথক্তা অমুকশু হেননা অল্লাবা অমা ওইররে। চেক্লা মানা লৈবা মায়কৈদা মমায় ওনহনা মীৎয়েং শাংখৈরকলে। মীৎন্না থম্বাল অনীদা তরং লাইজ-ঈরা চেন, থিংঙেল্ লাইজ ঈনম খাই, হীক্ল-হীক কপ্পুনা—

"হাদা চেক্লা ঈতারোয় !
চেক্লা নহাক্কী থোম্বাংনা
তাম তাম হায়না
লমদম তামনা থোংলকপসে,
মুন্থ (=মোম্ন) ঐনা তাক্রুরগা
পারীনা লমদম তামখিবনা
লাইবক্ থীবী ঐঙোন্দদি
মরিংগী তেন নয়াৎপা
পানা তুমনা থোরবা
রায়রা তেনবু ওইরদুনা
নূরা ঐগী ইকাদা
চৈথেঙ্ হক্লা পাল্লবগুম
অরা মৈশা লাংনা
থম্মোয় কায়না থোক্লরে।
হাদা চেক্লা ঈতারোয় !
চেক্লা নশক্তি উদা
তাম তাম হায়হুনা
য়ারা নপাউথোলদি মতাবা
পারী ঈচাগা অমতনি।
চেক্লা নহাক্কী কোলোয়বু
তাম তাম থোংবদগী
কোলোয় নমিংবু লৌদুনা
'তামনা' হায়না মিংগোগে।

অসী হায়দনা নুরা লিকশঙনু শাফবীনা চেক্লা মাবু কোলোয় মমিং থোননা পাউহোমলম্লগা, নুরা মানা শোঙলবা উমংহুংদা মপারী খোঙ্গুল্ লীর-লীরদনা খোঙদোয়রক্লে। কোরৌ

---

তাম্নাগী শকৃওং-শকৃতম তাকপা:

কৌরিক্কী মতম অসিগী মীওই থর মথৈনা তামনা হায়বা অসি উচেক্কী মওংদা অদুম মথংনৈ. শৈশকৃপা অমদি তেংথাবা হৈবা মীওইনা চেক্লা হায়না তেংথানৈ। তামনা কৌবী চেক্লাসে, মহাক্কী মমুম-অমদি মলুম -মকোল্ নাইদে, মশকনু মীপুম খুদিংনা কম্না মুননা চেক্লা মাবু মশক্ উবা কয়া ফংনদে। মহাক্কী শকৃওং-শক্তম অসি নাওশেক্কী শকৃ-তমনু মাললি, নাওশেক্কী থর শীকই মনাম্ শাংদায়ৈ, [=ফিভম অমনা] শকৃওং শকতম মথল অমনা ঈশিংদা লৈবা হাও নাওশেক্কী মওংওয়মনু তৌই, হাও নাওশেকৃতগীনু থর চাওই মথোং তরুক্ পাললি। মচুদি হুচু শংই; উনা মচুগুমনা তৌই মথাগী মচুনা লৈচিনগী মচুগুমই য়াওথাংনৈ অমুবনা মরিক্-মরিক কাপ্কুমনু তৌই: মথল্ অমগী মচুনা উৎথানবা মচু ওইনা থেংনৈ। তামনদি পনামনাদা লপ্কলি, উ-শৈই পামবী অচৌবা মনা পুংবা উজাও উরেল অমদি শোংলবা উহুং অচিক্পা অইংবা চীঙ্গী লোকহুং মীচিক্ মীথোল্ তাদ্রব মকমদা লৈ-গললি, অশাবা ঈশৌ লাংবা মকমদা কয়া লৈগলদে। মথল অনিগী তামনা অসিনা থোংবা মতমদা "হরিনোংনাংগুমনা" মবুকতা নত্রাগা মথুনলোমদা থোংবগুমনা থেংনৈ, কয়িগুবা মতমদা চীঙ্হুং মাহুং মী কয়া তোইনা চংনদবা মকম উহুংদা তামনা লৈবা থেংনৈ। মহাক অসি পংথে: থেংনগনদে, চেক্লা মাদি থোহাং হুংশিরবনু পাক্না মাগী খোঙেন তাবা অমদি মশক্ উবা কয়া কংদে তাংনা থোকই।

অঙালবস্নু মমশিনখ্রবদা নূরা লিকশঙন্নু শাফবীবু মফম অদুরাইদগী চৎথোকথ্রন্নু মতাগুমনা উমং অহুগী উরী-রারী মথৈতনা ঈবেম্মা লিকশঙন্নুবু য়েৎশন-লৌশিন্নলবদা ; শমু মখোঙ্, থাংবা ঙমদরে। পামেল্ উজাও উরেল্ অমগী মখোঙ্-খাদা ঙহাক্ ফমদুনা লৈরকলে। উমং-ন্নুংগা ওইবনে, শোঙনা মমলবা উমং অদুদা শাহীঙ চাবা পামবা কৈরেললনা নোংলেল খোংবগুম চীঙ্ন্নুং মান্নুং মরাঙ্ হৌনা খোঙলক্লে। পামবা কৈ মাগী অকনবা খোম্বাংনা মালেম লৈমায় থক্-থক্ নীকলক্লে। অহু নোংদগী লিশঙন্নু শাফবীনা চীঙ্ঙু নোংদম্বা লাইবু কৌহুনা মীকপলে; "হে-চীঙঙ্ খোইয়ুম নোংদম্বা! নহাক্কী নোংদমনা ঈমা ঈচাবু লাইবক্ অম্নুক্ থীনা তম্বীবদা, ঈমা-ঈচাবু নহাল্ অমুক্কী মপোক্তা করমনা অম্নুক্ থীনা কায়নবনো! হে-ঈশাবী লিলহা পাফলবা! নশানৌ ঐন অম্নুক্ রাববু উবীত্রবরা?" অসী হায়না মশানৌ ইবেম্মনা মশাবী পাথংববু কৌহুনা মীকপল্লগা উমং অহুগী মন্নুংদা পামেল উজাও অমগী মখোঙদা ফমহুনা লৈরিঙৈদা৹ মপারী কায়নবগী অরা মৈচাকনে, নারক মোংশোঙ্ চৎপগী অরাবনে, চাদ থকলক্তবগী পুন্না পুলশবা অরাবনা ঈপাই ঈ কোক্ ঙাওহুনা মালেম লৈমায়-থক্তা হায়ইথদুনা তুথরে। পম্হৌগী মোনপাক্; মোনতেক্ থকশু নত্রবা, মালেম লৈমায়থক্তা উরানা মোন'খাঙনহুনা শয়াংনা চোইজায়নমা, নূরা মাগী শামু মশাবু তাহুনা লৈরক্লে। অহু নোংদা মশাবী খোইয়ুম লিলহা পা-ফল্ নিংথৌনা মশানৌগী মনাক্তা য়াংগোইরকলে। অহুগা "হে

ঈশানৌ! করিগী অহুক রারীবনো? মঙ্গীদমক্তা নশাবী ঐনা মীকুপ্ অমত্তা থাদোক্তনা লোইনদনা লৈরিবনি; ঈশানৌগী করী রাংতেয়ে" অসী হায়দনা মশানৌ লিকশঙনু শাফবীবু উনরে। মশানৌগী নাক্তা মশাবী পাফল্ লিলহা নিংথৌনা তীনমূলাইমু অপূম্বা ঙাকথোক্তুনা লৈখিয়ে।

নুরা লিকশঙনু শাফবীনা থোমলেল্ তুমথুল্ তানখরে! অহীং ঈনুঙ শোয়য়াইমদা পোথাখরে! খোইয়ুম মাগী নোংদম না কনখিবনা ঈনুঙ্বা কোরৌ ঙাললবদা মশানৌ লিকশঙনু শাফবীনা থোমলেল্ তুমথুল্ তাল্লুবদগী মিকপ্ থোকলকল্লে। নুরা মাগী শমু-মশা অপূম্বা চোক্থরম্বসু ঙমনা ফরমলে। নুরা গী তনৌরবা থোঙ্শাদা থীনগায়-য়াংখায়রম্বা অপূম্বসু ঙমনা ফরমলে। ঐরা মপুঙয়াই কোম্নুং মনাক্ নক্না লৈরম্বা অহুবু নুরা শিকশঙনু শাফবীনা উরক্লে। অহু নোংদবু নুরানা পায়মা রাখল তৌরক্লে; "মশাবী লিলহা খোইয়ুম পাফনবা নিংথৌনা থৌজাল্ তেংবাংবীরে" হায়না মশানৌগী পায়মা পূক্নীংদা নীঙজখি। মশাবী পাফল্ লিলহা পাখংববু নুরা মাগী থম্মোয় লাইয়ুমদা চেংনা থাগোম্নহনা নীঙ্জরে। মপারী মার-খোঙগুল্ লীরক্লবদা, ঐরা মনদলে কোম্নুংদা পল্লেম মমা চঙলকলে!

## মমা অনী খংনবা

ঔর। কোমুংগী থোঙ্‌শঙ্‌বদা রা হায়রকলে; "হে-ঈবুঙ্‌ থোঙ্‌শঙ্‌বা! নথোয়না নিংথৌদা রারম অমত্তা হংগৎপীয়ু; নিংথৌ নহাক্কী পল্লেম নমা অপোকপী লাকলে হায়দনা হংগৎলু ও" হায়ভৈদা। থোঙ্‌শঙ্‌বনা নিংথৌদা হংগৎলকলে; "হে নিংথৌ তাবী-ও! ঈনিংথৌগী পল্লেম ঈমানি হায়দনা নুপী অংবু লাকই" হায়দনা সনা মাঙদা পাউদমলবদা; নিংথৌনা "ঈপুথোয় পুশিল্লকও!" হায়দনা সনা য়াথং তাকপীরক্লবদা; মনাইশিং থোঙ্‌শঙ্‌বনা নুপী অংবু পুশিললকলে। মপারী নিংথৌনা "হে-পল্লেম করম্বা মরীদগীবু পল্লেম থোকপনো? ঐগী পল্লেম অপোকপীদি লৈরিয়ে; ঈমা-ঈতোলবু করম্বনো? পল্লেমগা ঈতারোই শাম্নবগী থোক্পরা?" অসুম্না রাহোমলকলবদা।

নুরা লিকশঙনু শাফবীনা মপারীবু শমু মীৎফম হোংদনা শকয়েংজহনা; মীৎলু নাপোম অনীমক্তা তরঙ লাইজ ঈরা শীন্থনা "পারী ঈবুঙ্ঙা! নঙ্গী শাৎপা পল্লেম নমা অপোকপী তশেংবনে" হায়রেদা।

আরোঙ শঙ্গোয় তাবীনা রাহোমলক্লে; "হে-হুজা ফীজেৎ ফীগায় শেৎপী! কপ্নীঙদনা পিরাং চোৎপী! নঙনা লায়র অতোল্ তারগবু নঙনু নুংঙাইজনিংহনা নিংথৌ পোকপী পল্লেমবু শাবীরী; তশেংবা পল্লেম মমা ঐবু লৈরিয়ে, নঙগী নপারী ওইবা য়ারোই। শকথীবী, চাকনীবী! নঙগী লৌনম না মীনম্বদি কদৌ নোংগীনো? লৌনম্বী" হায়দনা নুরা লীক-শঙনু শাফবীগী শমলাংবু খুবাম-পায়হনা চিংল-চিংলহনা য়ৈনরে।

অহু নোংদা ঐরা নিংথৌনা কোলোয় রাহোমলকলে; "হে পল্লেম ঈমা অনীমক! তাবীও: ঐবু পোকপী পল্লেমদি হান্না লৈরিবা ঈমা অসীনে খঙজেয়ে। পল্লেম অমসু লাক্কনা পারীনি হায়বসে; নিংথৌ ঐ অসে নুংবংনলে। খোইয়ুম লাইগী অরেপ্পা খুদম-চাংদম য়েংলসে— শাওনরগনো" হায়না খাম্নগা, নিংথৌনা মদায়রেমশিংদা রাহোমলকলে, "হে-ঈপুখোয়! নখোয়পুম্নমকনা শগায় মথোল্ তরেৎ শারগা ফিজং তরেৎ খল্লগা শগায় পাবল্-থক্তগী পল্লেম ঈমা অনীনা কাখৎপীহনা খোমলাং গুম্বীয়ো; ফিজং তরেৎপু লীৎনা খোমলাং তারক্না কক্থাওনরবা নিংথৌ ঐগী ইয়াদা তাবদো পল্লেম অপোকপী অশেংবনে খঙজগে। পল্লেম অপোকপী ওইরবদি খোম্নাং তাগনিয়ে;

চীঙঙ খোইয়ুম নোংদম্বা লাই, তাইবং মপু মাগী অচুম-অরাল-ববু লৈপাক্ মীয়ামগী মমাঙ্‌দা নিংথৌ ঐগী পল্লেম ঈমা পোকমাবীবু শক্- খঙ্‌জগে" অসী হায়না হায়রকলবদা। নিংথৌ সনা য়াথংবু মদাইরেম অঙম্বা মথৈনা "শগায় পালং" তরেৎ শারে, ফিজঙ্‌ মরোল তরেৎ থোক্না খল্লে। লৈপাক্ মীয়াম চোননা তিলহল্লে।

# পল্লেম অনীগী চাংয়েংনবা

অরোঙ্ শঙ্গোয় তাবীনা ঔরা লৈপাক্ মীয়াম মমাঙ্দা থূমল্ চনূ পল্লেম আরোঙ্ শঙ্গোয় তাবীনা শগাই পাবল্ থক্তা কাগদবগী শেম শাবা চরৈ ফিজোলনা কয়া নীঙ্থিজরিবা, সনানা শাবা খুজী-নাচি মখৈতনা নূরা মাগী চেংলো মশক্ অদো কোরৌ অঙালবগী মশেক্না য়ৈবদা নোংথাং কূপলকপগুম অমদি থরালমীচাক্ খোক্লকপগুমনা তাকুপ্ তরেংনা নীং-থিজখ্রে। কোরৌ মুমিৎ অতুগী লৈপাক্ মীয়ামগী মমাঙদা "ঔরা নিংথৌগী অপোক্পী মমামকনী" হায়দনা লেম্বরম্মী। থূমল্ চনূ আরোঙ্ শঙ্গোয় তাবীনা লীক্লাং পরেং নীঙ্থিবা কয়ামল্লম শিত্নগু চনূরা মাগী পায়মা পূক্নীঙ্-তুংদদি মওল্-মওল্ রাখললক্লে— "ঐবু কদৌ নোংদগী লাইর-চূদৎনবী, ফদি-ফিগায় শেংপী অসীবু ঐনা নুজা মাগী মশম-শমতাং পায়দ্না লৈক্লরিবনো ? পাম্রী অসীদি ঐগী শীনয়োম-তুংগী ঈদি নত্তেদো।

ঔরা লৈপাক্ মীয়াম মমাঙদা পারীগী খোমলাং শুমবদা, খোম ল্যাং চাইজী ঈলংলবদি-ঐদি কমদৌনি। ফিজেৎ-ফিগায় শেং পী অসীগী মমাঙ্দা ঐদি কল্লক্-মাঙ্ চাং তাগদৌরেদো। চাক্নীবী মানা খোমলাং ঈহৌথ্রবদি ঐদি য়াইবী মাঙ্খিবনা শরুক্ চাম্মা হেন্না ফৈ" অসী হায়না রাখল তৌরকলে। ঔরা লৈপাক্ মীয়াম মমাঙ্দা শগাই পাবল-থক্তা আরোঙ- শঙ্গোয় তাবীনা কাখৎলক্তনা খোমল্যাং শুম্বদি ফিরোল অহুম ফাউদরে, মরী শুনা লীৎপা ঙমদরে।

কোরৌ হুমিৎ অহুদা পল্লেম মমা পোক্মাবী থংগাল্ চনূরা লিকশঙন্থ শাফবীনা চীঙঙ্ খোইয়ুম লাইবু হুক্তা মাগী পায়মা পীবুক হুংদা * পুনেমলকলে, "হে-খোইয়ুম শিদবা। পারী ঈচাগী খোম্লাং কুমশীং অহুম শুনা থক্লকতববু লোইদাম থাজা অহুম থিংখিয়ে। পারী ঈচাগী মরল্নে। ঈচাগী লম্মল শিংলগে, নদাইরেমদি চাদা নোংগী লীশাঙ য়াঙ্দা পকলে; খোম্লাং লাইজ ঈকঙলে, খোমলাং পীনবীয়ো; পারীগী লম্মল শিংলগে" হায়দনা চীঙঙ্ মাগী মফমদা পুনেমলবদা। তুরেল্ লাইজ ঈহৌরক্পগুমনা তত্তনা খোমলাং ঈহৌরক্লবদা, থংগাল্ চনূ লিকশঙন্থ শাফবীনা অঙাওবীগী মতৌগুমনা * মনজুনরবা চরৈ ফিজেৎ ফিগায়না লৈতেংলবা নূরা মাগী চেংলৌ শকফম তনৌ তনৌ ওইরবী অঙ্গনা মপারীবু অপামবনা খোইরাংবগা

* পুনেমলকলে—থুক্রমলকলে।

* মনজুনরবা—অহনব ওইরবগী মন্থমক্তুনা ঈচু-চুরবা

লোইননা শগাই পালং পাবল্-থক্তা কাথৎত্তুনা লৈপাক্ মীয়াম থাইগী মমাঙদা মুজা ওইবী মহাকনা রাহোমলকলে, "হে পারী ঈবুঙো সনা য়াইরংচান। পারী ঈচাগী ঈরল্ খোমলাং লৈরিয়ে; পল্লেম নমা ঐনা খোমলাং শুমথরকলগে: খোবোম থন্না থক্লবা পারী নয়া কাথোকলো" হায়রম্লগা, খোম্লাং শুমলকলে। পল্লেম মমা লিকশঙনু শাফবীগী তত্তনা শিন্থরকপা খোমলাংনা ফিজঙ্ মবোল তরেৎ তুনা ফাউত্তনা মপারী সনা য়াইরংচানগী ময়া-মুংদা তাররে।

অহুগী নোংদো সনা য়াইরংচান্না পল্লেম মমা অপোক্‌পীগী তশেংলবা খোমলাংবু অতৎপা লৈতনা শুমথরকপনা খোবোম থন্না থকলবদা; মপারাদো তরা পীবুক্ থন্না থকচরে। পল্লেম মাবু য়েংলহনা "হা পল্লেম অপোকপী! খোমলাং চাইজ্জী ঈরাৎপীরো; নপারী ঐহাকশু তরা পীবুক্ থনজরে" হায়দৈদা পল্লেম লিকশঙনু শাফবীনা খোমলাং চাইজি ঈরাৎলে! শগাই পালং-থক্তুগী থংগাল্ চনু লিকশঙনু শাফবীনা কুমথরক্লগা মপারী সনা য়াইরংচানবু মথাদা কোনহনা নোংলেল খোংবগুম মীকপলে। অহু নোংদা "পল্লেম মমা মচাবু মত্তৌ করমনা শেৎন-কায়নবনো ? কদো নোংগী পল্লেম অসীনা নপারীবু নাওয়োক করম্না য়োকৃপনো?" হায়দনা রাহোমবীয়ো হায়দৈদা, থংগাল্ চনু লিকশঙনু শাফবীনা মপারী সনা য়াইরংচান্দা য়েলহোদৈগী রারীবু মথঙ্ শীৎনা লীবীরে!

অৎগী নোংদা ঔরা নিংথৌ সনা য়াইরংচাননা পল্লেম

মমা শনীবু য়েংলহুনা রাহোমজরকই . "হে-পল্লেম ঈমা অনীমক পোকলবসু, পোক্তবসু ঈমা অনীমক্ কায়নবীনো ; পল্লেম অনীমক্ পম্থোগা ঐখোয় মরীমক্ লৈমিনরসে। পল্লেম অমনা শাৎলেদো ; পল্লেম অমনা য়োক্পীরে। পল্লেম অনীমক্ পায়মা খোয়জম্না তিললাং খোয়দাননা নপারীবু নাওয়োকপীও" অসুম হায়দনা পল্লেম অনীদা পুনেমলহনা খোয়রমলকলে।

ঔরা লৈপাক্ মীয়ামনা নিংথৌ পোক্পী তশেংবা মমাবু শক্-খঙ্নরবদা, হরাউ মথোয় কানরে। লৈপাক্ মীয়াম না রা-রা লাওনা মায়কৈ মরিমক্তা নিল খোংনা লাওনরক্লে। মতম অহমক্তদা খূমল্ চনূ আরোঙ শঙ্গোয় তাবীদি ঈকায় থুংশি য়াননখিবনা নূরা মাগী মায়থোঙদা চরৈ ফিনা কুপলহনা থুপ্চান্নবা লৈখরে। কদো নোংগীনো ঐনা * খোয়নৌ ইমান-নবী লিকশঙনু শাফবীবু অসুক্ তাথীনা হুললাল্লুরিবা" হায়না আরোঙ্ শঙগোয় তাবী মাগী পায়মা পীবুক্-থুংদা অরাবনা মীপায়রবা রাখলনা মণ্ডল্-মণ্ডল্ ভৌরিহৈদা ; থংগাল্ চনূ লিক শঙনু শাফবীনা তরাম্-তরামবা রাহৈনা খোইনৌ ঈতা শমান-লেংমাননবী !" হায়দনা রাহোমলক্লে। "হে-খোইনৌ ঈতা লেংমাননবীও ! নহাক্না ঐগী ঈপারীবু ঈ মতুমদগী নাওয়োকপীরেদো। খোয়নৌ ঈতা চানবী নহাকী লম্মলবু করিনা শিংগদবনো ?" হায়না পাওথেমলক্লে। কোরৌ থুমিৎ অহদগী আরোঙ্ শঙ্গোয় তাবীগা নূরা পল্লেম অনীমা ;

* খোয়নৌ—ঈতা, শমান লেংমাননবী মতাংগোই।

পুকচেল খোয়জেন পুকতীন্নবা লুনা, চানবা কায়নদনা লৈমিন-নখিয়ে।

ঔরাগী 'প্রনসি' মনদলে লৈপাক্তা সনা য়াইরংচান্না নিংথৌ ওইহনা পল্লেম অপোকপীবু শকৃথংবগা লোইননা লৈপাক্ মরা তপনা পানখিয়ে, ঔরা লৈপাকী নিংথৌ সনা য়াইরং চান্না মাগী পাক-চাওরবা ঔরা লৈপাক অসিগী মঙ্গুংদা লৈপাক মচা-মচা কয়ামরুম লৈরমই, লম-লম খুদিংগী নিংথৌ অম্-মম্ হাপপিরে; নিংথৌশিং অহগী মাগী মাগী লৈপাকী ভাকৃলোনচিংবা পুহনহনা লৈহল্লে; ঔরা লৈপাকৃতা নিংথৌ চামমা তরামাথোই পাল্লে। ঔরা নিংথৌ চামমা তরামা-থোইগী মথকৃতা সনা য়াইরংচাননা রায়েল্ থৌদা অমদি লৈপাক্ ভাকৃলোগী মরমদা রা তান্নখিয়ে। লৈপাক্ মীয়ামগী মুংঙায় য়াইফনবগী মরমদা পাওতাক্ কয়ামরুম লৈপাক্ মীয়াম মমাঙদা লাওথোকলে। ঔরা নিংথৌ চামমা তরামাথোইগী মকমদা রাহোমখিয়ে; "নিংথৌ ঈহাকৃথক্তা কোরৌ নোংমত্তা নত্রবসু চারোল-সুরোল্দা কাওগনো কেগে নিংথৌ অসী অমুক্তং হুয়েল্ লাল্ শীঙসে" হায়রম্বদগী. নিংথৌ মহাকৃথক্তা হুয়েল্ লাল্শিং ভমলমদরে। মপারী মহাকৃথক্তসু লাল্শিং ভমলমদরে; মসু সুরোল তরেৎ কাম্নন থংদা তোংদোই নিংথৌগী মপারী ঔরা নিংথৌ "মিরমনি-গী মশাবী "মংত্রাকেতু" ভম্বা মহাকথক্তা মৈতৈ সনা লৈপাক্তা ঔরানা হুয়েল্ লাল্ তেম্-শীঙনরিবা অসীনি।

ঐরা লৈপাক্কী মচুংদা নিংথৌ সনা য়াইরংচানগী মতমদা লৈপাক্ অমগা অমগা চৎথোক্-চৎশিন খুদোং চানবগীদমক লম্বী থোংনচিংবা কয়ামরুম শেমজিনখিয়ে। নিংথৌ অসীগী সনা মহাক্‌থক্তা লৈপাক্ অসীগী নুংঙাই য়াইফনবগী মরমদা পুক্লৌংদ্ কয়া নীঙ্‌থীনা চঙ্‌লম্মী। থুং-শা হৈ-শিংবশিং অমদি লাল্‌মী কয়ামরুম শেমগৎ শাগৎতুনা লৈপাক্ ঙাকলোনচিংবদা পুক্লৌঙ্ ক হেননা চঙ্‌লম্মী ঐরা নিংথৌ অসী নাওরা শক তম ওইদনগু, মতু শোল্লবা লাইরবা মীযাম্বু য়াম্না লুনা চাননা তৌবী. মহাক্ অসী "পুক্‌চেল য়াম্না চাওবা নিংথৌ অমনি" হায়না লৈপাক খাইন মতম পূম্বদা শোন্নখি মনদলে কোপুংদা সনা য়াইরংচান্না নিংথৌলেল্ ওইহনা ফম্বাল তোংখি। নিংথৌ সনা য়াইরংচান্না তমথীরবা "লাইরেল্ নাগা নিংথৌবু" মাগী য়াইবী মূৎহনবদা নাগা লাইরেল্‌বু সনা য়াইরংচাননা ঙমখিয়ে। মরম অহুদগী ঐরা লৈপাক্ মীয়ামনা কিবনা অকি-তুজুংনরবা নাগা লাইরেল্ লৈত্রবদা লৈপাক্ মীয়ামস্থ ঙমথৈ লৈতনা নুংঙাইনবে। নিংথৌরেল সনা য়াইরংচানবু "খোইয়ুম লাইগুম্বনি" হায়না ঐরা মীপূম খুদিঙ্‌মক্না থন্নখিয়ে। ঐরাগী "প্রানসি" লৈপাক অসী "লাইরেল্ নাগা নিংথৌ" লৈত্রবদা লৈপাক্ মীয়াম অপূম্বনা চারোল্-শুরোল নৌতনা নুংঙাই য়াইবী মরা তপ্না পানফবা ঙমখিয়ে। চৌঙ্‌ খোইয়ুম পাফল্ লিলহা নিংথৌনা কেগে নিংথৌ লাইমুতেং পুন্সিম্ববু লৎনা থোং থিং বদি— পাফল্ লিলহা নিংথৌগী মশানৌ থংগ'ল্ চনু লিকশঙহু শাফবীগা মপারী সনা য়াইরংচানগবু মীরাই নোংগী লৎমবনে।'

অরোয়বা

## অরানবা চুমথোকপাঃ—

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ১ (হেডিংদ) | লৌয়নফমদ | লৌয়ানফমদ |
| ৩ | ১৬ | খূৎয়েংনা | খূৎজে'না। |
| ৫ | ১০ | নূজা | নুজা |
| ৫ | ১৪ | (খোয়ম) | (=খোয়ম) |
| ৬ | ৯ | (খূৎমু) | (=খূৎমু) |
| ৬ | ১৩ | ফদোঙ্না | ফুদোঙ্না |
| ৭ | ১৭ | খাঙ্না | খাঙ্না |
| ৮ | ৮ | চৌঙনা | চৌঙ্ঙূনা |
| ৯ | ৫ | কোংয়াং | কোঙ্য়াঙ্ |
| ৯ | ৮ | (লংনম) | (=লংনম) |
| ১০ | ১৫ | ফইদে | ফুঈদে |
| ১২ | ৭ | রাংলোল | রাংলেল্ |
| ১২ | ১৩ | তিম্নিংদরে | তিন্নিংদরে |
| ১২ | ২১ (ফুটনোত্তা) | *খোইমোম—লাই | *খোইমোম= লাই থুপী। |
| ১৩ | ১৮ | =(নোমোইন্নু) | (=নোমোইন্নু) |
| ১৩ | ২০ | অচচা-অথক্ | অচা-অথক্ |
| ১৪ | ২ | অচচা-অথক্ | অচা অথক্ |
| ১৪ | ১১ | য়াংগোইরক্কনা | য়াংগোইরক্কূনা |
| ১৪ | ১৯ | নূজা | নুজা |
| ১৫ | ৪ | নূজা | নুজা |
| ১৫ | ১২ | নূজা | নুজা |
| ১৫ | ১৬ | রাথগী | রাখলগী |
| ১৭ | ১ | লমদমলোমদা | লমদম লোমদা |
| ১৭ | ৫ | চীঙঙ | চীঙঙ্ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৭ | ৫ | নোংদমমগী | নোংদমগী |
| ১৭ | ৬ | নূজা | মুজা |
| ১৭ | ৭ | শমুদমদা | শমুনমদা |
| ১৭ | ১২ | নূবা | নুরা |
| ১৭ | ১ (ফুটনোত্তা) | নোংমনথরে | * নোংমনথরে |
| ১৮ | ৯ | ঈমা-ঈমানে | ঈমা-ঈচানে |
| ১৮ | ৮ | চীঙঙ | চীঙঙ্ |
| ১৮ | ২২ | মপল | মপন |
| ১৯ | ২ | লানবা | লাননা |
| ২০ | ৩ | উরেল | উরেল |
| ২০ | ৯ | লক্‌পদি | ঃ ক্পদদি |
| ২০ | ১৯ | নাহিংনা | নাইহিংনা |
| ২০ | ১২ | "হা—ঈমাগী | "হা-ঈমাগী |
| ২৩ | ১৬ | নূরা লকশঙনু | নুরা লিকশঙনু |
| ২৪ | ২০ | খঞ্জরো | খুঃ রো : |
| ৩০ | ১২ | মুমিদাং-রাইরমগী | মুমিদাং-রাইরমগী |
| ৩১ | ৬ | চৈ-থেংলকলে | চৈ-থাংলকলে |
| ৩১ | ১২ | অম্পূল | অম্পূম্ |
| ৩২ | ১৪ | "চীঙঙ | চীঙঙ্ |
| ৩২ | ১৫ | মুজা লাইক | মুজা লাইবক্ |
| ৩৪ | ২ | তথেল লোকপা, | তথেল পোকপা |
| ৩৪ | ৮ | চীঙঙ | চীঙঙ্ |
| ৩৫ | ১৭ | তেকভুবা | তেকভুনা |
| ৩৬ | ১৬ | মুরা | নুরা |
| ৩৭ | ৪ | ঈবের্ম্মা ! | ঈবেম্মা ! |
| ৩৭ | ৯ | কুবজা | কুমজা |
| ৪১ | ১৪ | মপুঙ য়ায়দা | মপুঙ-য়ায়দা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪১ | ১৪ | ন্নুরা | নুরা |
| ৪১ | ১৯ | তুমীম্না | তুমমীম্না |
| ৫৮ | ৯ | চৌঙঙ্ | চৌঙঙ্ |
| ৫৮ | ১০ | চৌঙঙ্ | চৌঙঙ্ |
| ৫৮ | ১২ | করমনা | করী লংজক্রবনা |
| ৫৮ | ১৩ | ঐন | ঐনা |
| ৬২ | ১ | চৌঙঙ | চৌঙঙ্ |
| ৬৬ | ২ | পকলবস্থ | পোকলবস্থ |
| ৬৬ | ৬ | পনেমলছনা | পুনেমলছনা |
| ৬৮ | ৭ | ক হেননা | কাহেননা |
| ৬৮ | ১৬ | য়াইরংচানব | য়াইরংচানবু |
| ৬৮ | ২০ | চৌঙঙ্ | চৌঙঙ্ |
| ৬৪ | ১৬ | চৌঙঙ্ | চৌঙঙ্ |

লমাই ২৪ গী মখাদা ২৯ হায়বহু ২৫ নি–মথং মথং লাকপনা ৩৬ ফাওবহু ৩২ ফাওবনি।